# ‘কষ্চবা”

নোংদম থিনা তমলমবন,<br>
পুন্সি খোংচৎ তেনলমবনা,<br>
লাইরমলেন্দা তিনলমবন,<br>
তাইবঙ্ মীওইরকসিদা,<br>
মাইথোঙ সিনি খঙ’দা,<br>
‘ইচে’ মিংগৌ কঙ’দা,<br>
ঈরেমথাক্কী নৌপ্বানা<br>
দিবঙ্গতা ইচে ইবেমহলগী খুযাখাদা<br>
পিরাং ঈহৌ’না কচ্চরি<br>
ঐথোয় অমতনি ॥

# ৱারোল খর

হৌজিক্কী সমাজদা চুশিনলকইবা অমোংপশিং, শয়া হায়রগা অচুম অরান মশক খঙনরক্কবা, মীবু মী ওইনা উম্মরক্কবদগী অমনা অমবু মাঙমনবা শিন্নরকইবনচিংবা কয়া অসিনা অচুম্বা লম্বীদা মায় ওনশিনলক্কবা হোংনবদা মতেং খরদং ওইনবা হুমগত্রা খনজবগা লোয়ননা সমাজ সেবা তৌবা হায়বসিনা 'ঐথোয় অমতনি' হায়বা ড্রামা মচা অসি পুথোকচক্কবগী মরু ওইবা উদ্দেশ্যনি। লাইরিক অসিবু মশক নাইনা থোকহনবা হোংনবদা মমল নাইত্রবা মতম কয়া মাঙবিরক্কবা মনিস্না শর্ম্মা, শাস্ত্রী, হিন্দি অধ্যাপক রেসিদেন্সি হ যস্কুল অমদ মসিগীদমক দায়িত্ব কয়া পুবিরক্কবা সরস্বতি প্রেসপু ঐনা শিংথম-লয়োইদবা লমন্ তোংনশিনঙ্গরবনি। অবোইবদা, লাইরিক অসি নমবদা থেংনাংবিরিবা মণিপুর সরকারবুস্ত তৌবিমল থঙবা থংচার

মযাই কোইবী অরিবা—

তাং ১৫ | ১২ | '৭০ ইং শ্রী.কাংরাইলাংপম্ ব্রজবিধু শর্ম্ম ।

যুমশংকৈ…



# ঐখোয় অমতনি

কে: ব্রজবিধু শর্মা, অনৌব নহাবোল লেখকলক্তা অমনি। মমাল্লবক্তম হাইয়াব সেকেণ্ডরী/কোলেজগী রাখীমচা/শৈরেং কম্পিটিশনশিংদা শরুক ইযা য়াবকই। মেগাজিন পুব কাংবুনস্থ মনা কংগ্রব মাগী দুংইশিংদু ইকোং ফোংবি-রকই। ইকুই কুইড্রি 'রাথল মেগাজিনদা 'পুন্সী য়াওল' কৌব রাবীমচা অমস্থু —মীযাম্না পাম্না পানখি।

'ঐখোয় অমতনি' লীলা লাইবিক্লি। মাচন তুমগংলক্লিব কলমনা থায়নচৈংদগী মীওইলক্তা চংনরক্লিব অক-ফত্ত, অপাম-সুংশি, মীনুংশি থক্কবা-থক্কদব পুক্লিং খোঙচংশিংগী লাম্নীশিং লীলাসিদা লাম্বেংনহল্লি। মীওইবগা থানদ্রব—লান্দব লাম্নামা লায়না মায় পাকপহু লীলাসিদমসু উংলে। য়েংখিনবিব পুক্লিং খোঙচৎ অনি অনিগা হনৌ নৌবা নত্তে, অতুম্নদি ওইবগা অনৌব কলমসিগী পুম্নৌ-নৌব থুদোলত নত্তনা—হৌজিক্কী নহাবোলনা যাম্না পাম্নবিব খুৎয়ি-লীলানি, লমজাও সোবোক্তা অমস্তুং হমুং-মনুংদা উনবিব রাথোক থৌদোক লেখকনা মাগী মতুং শিলহল্লিব মীওংশিংগী মচিন্দগী হায়দোকহন্দু। 'লীলা' খঙ্গোকপনি। মাগী রাথলদা ফাওবকপ থৌদোকশিংদু মীখুত্তা থোকহল্লগা থৌনুনা ভাবোক ওইবনি।

লমচং শেমগৎপদি ( Charalterisation ) ফনা মপুং ফায়, শরক শিদে, ফাবক হাদে। খেংজদা উৎপদা রাবগদবা—লেখককী কলমনা মনীং তমখিবা লম্মন খুম্নীংবতনা থুম্নংখিজনা মচনথুপী মালিকাগী অস্থি সঞ্চয়দা বীরেননা শাওনীংবনা মযায় কানা বক্সব মী-থুং উচেক তম্না নংখৎপা অমস্তুং ঈ-তনা রাইতৈবা—থৌদোকশিংসি খব হেনমল্লি, অস্বাভাবিক ( Unatural ) ওই। পুলিশ ইনস্পেক্টর বাজেনগী ব্যক্তিত্ব (Personality) চাননা থোংমল্লি— মচান্থুপী অমস্তুং মমাগী রাথলতদা লুপাশল্ল।

অক-ফত্ত গুণশিংসি য়াম্নজনস্থু—ফল্লবী মমাপোক্তবী অমগী (সখীগী) ওই-থোব্প লমচং অমস্তুং অপবী য়োকচবী অমগী (কোখীগী) লমচংশিংসি ফজনা উংপগা লোয়নন। লেখকনা লীলা-পাখৈ-পাউদম্নীংবহুদি ভাবোক্তা মহয় য়াম্না পাউদমে।

তাং ২৮।১২।৭১ ইং

শ্রীমণিম্না শর্মা শাস্ত্রী

# চংগদবা মীথিং

নুপাদা :—

১। রাজেন—নলীনিগী মপা, Police Inspector,

২। গোপেন—রাজেনগী য়ুমদা লৈবা, কনস্তেবল অমা

৩। বীরেন—মালিকাগী মবু°, পাখং।

৪। রনজিং—বীরেনগী চাম্নরবা মরূপ।

৫। মহেন্দ্র—সখীগী মচানিপা, ডাকু হাম্নরপ চংবা।

৬। রাবৈ—মহেন্দ্রগী মরূপ, ডাকু।

৭। চাওব—বীরেনগী তেংবাংবা অহল অমা।

৮। ব্রাহ্মণ অমসুং মীয়াম।

নুপীদা :—

১। সখী—বীরেনগী মমাতোন।

২। নলীনি—রাজেনগী মচানুপী, ডাক্তর।

৩। মালিকা—বীরেনগী মচনুপী।

৪ কাম্বী—বীরেনগী তেংবাংবী নুপী অমা

বেগতু পুন্থুনা নলিনীনা লৈরিবা মফমদু তান্না হায়রং হায়বং স্বর মপি হোন্দুনা লাকপা মতৌদু উবদা নলিনীনা মুন্না য়েংবা।]

বীরেন—(স্বর মপী হোন্দুনা) বেগসি অমুক্তা লৌশিনবীয়ু বেগতু পিশিনবা) ও! ডাক্তর সাহেবনিদনা। অস্থক থেংজিন-লক্লবসিদা মফম অসিদদি কমদৌনা, কনা ঙায়বীহল্লিবা? মী খজিক্কং চিকপদা পোংলাক চৈরাক, ভুরান-চিন্থি, নত্তবা ফত্তবা মীনা লুমহুনা লৈফম, মকোন শাফম লমহাং অসিদা ... ... হায়বদি মফম অসিদি খোংবু ফত্রবদি ফাওহুনা চৎপদা কিনৈ।

নলিনী—মমাংগী খুল অসিদা অনাবা অমা য়েংজকবনি। খঙজবম্লবদি চৎলমলোইদবনি। ঙসিদি খবা থেংদোবখিহুনা গাড়ীস্থ মতম চানা ফংজগৌদ্রে। গাড়ী ঙাযহুনা লৈরিঙৈদা। অদোমগী থৌজালমক নৎলমদ্রবদি, ঐগীদি করিস্থ উপায লৈজদ্রবনি। থৌজাল অসিগীদমক কবিনা লমন শিংগবা?

বীরেন—(স্বর মপি অমতং শাংনা হোন্দোক্লগা) লমন! ঐগুম্বা করিস্থ লৈত্রবা প্রজা মীচম অমনা ঙসি অদোমগীদমক পাঙ্গলনা ঙম্বা ইতেং খবদং পাংজবা অসিদগী অদোম্না করিগুম্বদা যান্না হেন্না পাংহিবক্কনি খঙ্গে (মুন্না য়েংবা)

নলিনী—(ইকাযরপ তৌনা) অহ্ ইতেং পাংবীবগী পাংবীবা রা অমত্তগা X X X

বীরেন—অনস্তা নত্রবস্থ অনিংবমথৈ হেক্তা ফো দোকপিয়ু। পাঙ্গলনা ঙমগদবা ওইরবদি শিববা ফাওবা।

নলিনী—খঙদেদা যাম্নস্থ চোকথনা উবে।

বীরেন—(নোকযেৎ তৌরগা) মানবা ওইরিনি, করিস্থ চোকথজদে।

( তাঙ্গাসিদা বীরেনগা যুবক শুমিন্নবা চাওবা লাক্কই। বীরেনবু উবদা ঙক্লা )

চাওবা—ইবুংঙো ! নুপীমচাসিদি কনানিনা ?

বীরেন—ডাক্তরনি, মীওইবগী সেবা তৌবা। ·

চাওবা—মফমসিদদি কমদৌনা ?

বীরেন—অনাবা য়েংলুবদগী গাড়ী ঙাযবন্নিবা। খুদোংথিবন্সু খরা-থেংনরম্লে ।"

চাওবা—নত্ত্বে করি থেংনববগেনে নুপীমচা ? ডাকু ওইরিনি মসিদা থেংনবদি। পোৎ-চৈগকা লাকখ্রবরা ?

নলিনী—অহোয। লাকখি অদুবু ··· ·· ।

চাওবা—কৈদৌরবা ? নুংঙাইত্তেদা।

নলিনী—খুডা ফংবুদি ফংজহৌরে।

চাওবা—কমদৌনা ফংহৌই নুপীমচা, যরেদা, অফবা মী হায়বসিদি লাইনা হেক্তা মকনবানদা।

নলিনী—লাইনবুদি ওইরম্বসু য়াই হাযববু অা ( মখা তাবা ঙমদনা লেপ্পা )

বীবেন—হেরা খুড়া ঐনা রাকিং চৎলুবা হনলকপদা, মরাইবকথিবা হাযদুনি. পোং লাকপা হৈরানবদু কোক থেংগাযনবে। অদুদা ঐনা অমুক মুনলক্লবা।

চাওবা—তাবদা নুংঙাইরে। অদুদা গাডীদি ঐনা লাকপদা ফুরামখোঙ-রাইদা থেংনরম্লে। হাযগৎপ্রেনে, কমদৌবা তারিবা মথংগী গাডী ঙাযবা তারবদি যাম্না থেংথখিবা তারেনা তৌরিসিদি করননো বীবেন।

বীরেন—খুড়ানা হনলকপদা গাড়ী অতৈ অতৈগা হিয়াংথাডগী অহুর ইদা

চাওবা—হোয়নহে। লাই খুকুম্বা লাকপ্রা করিনো জীপ অমদি উরমইদা নঙ অহুক য়েংলুদনা। ঐখোয় শঙ অমদা চংশিন্দুনা রাবী শাঃৰমগে।

বীরেন—ফবে ঐ য়েংজরুখিগে।

চাওবা—পংকুইদি কুইরকমুহে।

নলিনী—যাববদি খবা থুনা।

বীরেন—য়ারিবমথৈ তোংনজরক্কে। ( বীবেন ঃৎখিবা, নলিনীগা চাওবগা রাবি শাঃহুনা ফমহৌৰা )

চাওবা—ইবেম্মবু ঐখোয নিপামচাসিগা হান্না খঙনৰিব্রা?

নলিনী—খঙনজদে। নোমতদি পাম্বী অনিমক্তদা থেংনজব্রে। ঐনা গাড়ী তোংহুনা লাকপদা।

চাওবা—ওঃ ওঃ নিংশিংঙে, নিংশিংঙে। হোংবান খোংবগী রাম্মহু ওইবা তারে।

নলিনী—মানি, মানি। মতাংনা চাদহুনা ঐস্থ মুমিক্ খোল খবা হাযগংথ্রে। ঐবু রাৰৌরম্বা তাবে। শাওবিনিনে খুড়া।

চাওবা—শাওবদি হায়কন্নু নোকতুম নোকই।

নলিনী—শাওদবা।

চাওবা—শাওদে, সত্না খঙথ্রনি। শাওবগা হৈজবা নত্তেদা। ইবেম্মনদি থাজদবা য়াই।

নলিনী—খুড়া রা অমতা হংগেনা, তাকক্রা?

চাওবা—খুড়ানা খঙবা ওইরবদি তাকথোকতদিকো।

নলিনী—মহাক্কী মযুমবু অসিরাইদগীরা?

চাওবা—নত্তে, সহরনগীনি ।

নলীনি - অদুগা মসিদদি কমদৌনা ?

চাওবা—মঙোন্দদি হায়রু লাকউদ্রু ইকায়খিনি । মহাক মসিদা লম্বী শেম্বা য়াওরিবা ।

নলীনি - লম্বী শেম্বা !

চাওবা—মানি লম্বী শেম্বা য়াওরিবনি । ঐনা কয়া হায়, অদুবু য়াবা লৈতে । মশাগ্নু হন্দক্তা বীঃ এঃ থাজখ্রিবনি । লাইরিকস্রু য়ায়া কনা হৌজরকমালে অদুদা মমা অতোনবীদুনা খর ঙংপি নৈবীবদুদা...... । চপি ৩ । ৪ স্রু লেপলুরবনি মঙয় মশিং তম ............ । ঐনা ঙাংখনবদগী হন্দকতা বীঃ এঃ থাখ্রিবনি । থবকস্রু ওন্থোক্লা হৈখ্রে । মচন মুপী অমস্রু মযুমদা লৈহৌরিমালে । মীনুংশিস্রু ওন্থোক্লা লৈ । মগী অরা অনা উবা যাদে । মাগী য়ায় মুংশগা অমনা হৌন লোনচং, রাঙাং শাঙাং... ।

নলীনি—আ, অহন-লমনগাদি...... ।

চাওবা—অমতা লৈখিদ্রে । লৈরম্নবদবু অস্নুম থেংক্লমগত্রনে । নহান্না মমিত্তা মচা উরনি । অদুবু মপা শিখিবগা লোয়নবা মাগী লুহোংবস্নু কায়খ্রে । অমুক হোংনবা তৌসি হায়বস্নু...... ।

নলীনি—লুহোংবা কায়খ্রব ! কমদৌনা ?

চাওবা মপা লৈত্রদুদাদ মুপী মযুমলোয় লুহোংদনব চক্রি গৈরক-লমই ।

নলীনি—মুপী মযুম্না চক্রি !!!

চাওবা- মানি মুপীমচা । কনা ওইগদৌরবী, হায়নরবী মুপী মচা

অহৌনা মহাকপু পামদে হায়না ইকায়বা পিরক্লমই। অদুতশু অহৌনা মপ অহৌনা ইচাদি লাইরিক তম্বা থাবা তারে হায়না ইরাম লায়না অত্তম্বনি মত্তাগুম মী থাদুনা পাও হায়দোকহল্লমই। পাও অদু হংবা মতুং থর নৈরগদি শোন্দুনা নৈরম্বা মমাদু যুংত্তাই-ভবগা পাখিদুনা সংসারদগী চৎখ্রে। মসিদগী মহাক্কী অরাবশু মরি মরি লাকপা হৌরকলমই।

নলীনি—কত্রবা যুপীমচা অদুগীদমক মমা কায়নরবা।

চাওবা—মানি। অদুবু মহাকক্কী যুপী মমুমদু শাগব তৌদে।

নলীনি—করিগীনো খুড়া?

চাওবা—মশানা মতিক চাদবনি থনজবদগী।

নলীনি—(মথরাই শোক্লা) খুড়া।

চাওবা—করি তৌরে যুপীমচা। নঙোন্দশু অসিগুম্বা থৌদোক থেং-নঙ্গবরা?

নলীনি—হোই, থেংনখ্রে হায়বশু য়াই। অদুবু ঐগীদি অদুক শাথিবা নত্তে। অদুগা খুড়া মী অমগী পুন্সিবু মশক থওদনা ইকায়বা পিরমলিবী যুপী অদুদি করি লমদগীনো, মমিংনা করি? থওবি লাকপিত্রা।

চাওবা—যুপীমচা করিগীনো থওদে মমিংদি তাকউ য়াদে অদুগা নৈফমদি নাগ মপালদগী হায়নে।

নলীনি—খুড়া ঐশু নাগ মপালদা নৈরম্বনি। হোংদুনা কৈশামথোংদা নৈবা কুইভ্রি। যুপীদু উরগা মশক্তি থওবা ভমলি হায়ত্রা?

চাওবা—থওদ মাল্লে। থওই হায়দেনে ঐঙোন্দা। কৈশামথোংদা ওইরবদি লম্বীসি কনা শাংলিনা। মতুংশু লাকপা কৌবা

কৈদেদা। মমখিগদৌবদি খজিক্তা মঙাইরে।

নলীনি—অহোইমাইল ৫ | ৬ ক্রি'ওইগত্র', খুদোং চাদমুনা তৌররিনি।
খুড়াহোইনা করিশু কাম্নদবদা ঐগীদমক পংরা হেক রাবিরে।
( বেগতগী চেজেং অমা লৌথোক্লগা চিঠি অমা ই ) খুড়া
মসিমতা পিবিয়ু ( চিঠিছ পিবা )

চ'ওবা—পিগে পিগে। অদুদা লাকপু লাকত্রিসিনিনে নুরিবা।
ঙাইহৌরি চায়বা কাউবরা করিনো ?

নলীনি—লাকচরনিদ.। হায়না হায়না আদ লাকইবসিবু মাললিনে,
নত্রনে ?

চাওবা—মানি মানি। (বীরেন চংলকপা)

বীরেন—পংঙাই ঙাইনরেদো।

নলীনি—করিগীবু ঙাইরুগবনো ?

চাওবা—গাড়ীবু লৈ.হৌরব্রা ?

বীরেন—লৈহৌরে। অসিতান্না চৎসি হায়বদি ম্নাত্রে। অহু য়ারবদি
হিন্নাংথাং ফাওবদং থোক্তনা......।

নলীনি—ফনি। ঐগীদমক পংরা রাবীরে। উপায় লৈতহুনা পংওৎ
ও'লমলে। নোংমা মতাং চাবা কান্দা অঙম্না ইতেং পাংজ-
রকপা হায়তু মঙাইরে।

বীরেন—অদোমগী থৌজালনি।

চাওবা—হোইদা ক.উনত্রগা লোইবেদা।

(অহুমমক পুম্নপ নোকমিন্নরগা চৎমিন্নখি)

'মৈ মুংপা'

---

১/২

সখীগী য়ুম। অয়ুক পুং ৭ মুক।

[ মাঙ্গোলগী ওইথংবদা থারিব চৌকি অদুদা কমদুনা বীরেন লাইরিক অমা পারম্বদগী নহান নলীনিনা পিরম্বা চিঠিহ ফুরিংখাওদগী লোথোক্লুনা পায়। হুমিৎ অদুগী হুংনাংদমু পাগ্রবনি অদুবু ভাব তাবা ওমদে। ময়ুমদা চৎলুরে অদুবু খোইদোকপা খওনিংভাই উপায় লৈতে। অদুগী মতুঙ্তা মাবু নলীনিগী লাইয়েংশং অদুদা থবক অমা নমদুনা পিশিলকলমই। বীরেন অমুক চিঠি পাই ]

চিঠিগী মবোল :—

ঐগাক্লা অদোমগী মমল নাইদ্রবা পুন্সিবু হৌজিক ফাওবা ওৎলকলিবা অসিগী লমনবু করিনা মতিক চাগদবা ! কত্রবীশিংগী মনুংদা ঐগুম্বীদি লৈবমলরোইদ্রা নিংই। রাখল থেনবানি থনবীদুনা ঐগী পুন্সিবু অমুক্তদি ঙাকপিয়ু। হয়েং পুং ৮ তাবদা ঐগীদা লেংবিরক্তবা যাদে।

নলীনি দেবী

( M. B B. S. )

কৈশামথোং।

য়াম্না তপ্না চিঠিহ অমুক খুনজললি। তালকসিদা সখী ইমুংদগী বেং বেং ঙাংদুনা খোরকই।

সখী—য়েংবদা মিংসি নারেদকো সত্য। ইমাই পেমা, মশকসি উবদা খারেদা, তনজরেদকো অওইবা। পরীক্ষা লোইরম্ন লাইব্রিক পাই, তৌত্রিবৈদম্ন মপাই। থবক্তি মনা অহত্তা শুনিংদে, চারম দাইদদি অমুক্তোইবা......। খিজরে, সত্যনা খঙগ্রনি। মীগী মমাংদম্ন 'পোক্তবী মমা হায়বসিদি' হেক থোকঅবা। মথিবোং অচোবসি থমবা হোৎনবদা ঐদি শিদোরেনে। থাগবা ঙমজত্রে।

বীরেন—(য়াম্না তপ্না) ইমাতোন।

সখী—করিনো ইবুংঙো নত্তে হৌজিক ফাওবা নখোয়বু সেবা লাংবা তৌজবত্থ ঙমত্রে, ঙমজদ্রে। ঙাংবা তানিংত্রগা আদা......

বীরেন—ইমাতোন। ঐহাক মতম অয়াম্বদা অম্নাকপা রাহৈ রাতা কয়ানা হকচাংসি চাকথেক্লবা ফাওবা খাঙহুনা লৈবা ঙমলমই। অহুবু ঙসিদগীদি মৈরি অম্বনা হেম্না হেম্না শাগৎলকতুনা অউ অউবা চাকথেলকদোরি। মহু মমা অমা ওইবগী রাঙাং নত্তে, মহু করি রাঙাংনো। ইচা মীচা নাইবা চৎকম্ন। নচাদমক পিক্তনিংব, অহুগী পুকচেল অহুদি শাদনা চেনগদবনি। নঙবু শারা? মতুংদদি অম্বগুম রাহৈহ অমুক.....।

সখী—ঙাংলগনা করি তৌবিবা তারিবা, ঐবু ফুবিগে হায়বিত্রা? চাওবিরেদা নমা নপানা করি থনমহুনা অহক য়াম্না পোংবিরিবনো। নত্তে নখোয় নচিন নৌপ্রাসিবু নিংথৌ মচারা। থর তৌর নচা মীচা নাইমু। ঐনা ইচাদা লুরা তৌবসিদা নঙদি কলকইবা জাং ওইরে। তৌনি ইচাবুদি লুনা তৌদদি .....।

বীরেন—(য়াম্না তপ্না) ওক্লে, ইমাতোন ওক্লে। ঐ ভাব তাবা কুইরবনি। মখা তানা ঙাংনহুনা কাম্নবা নত্তে লৈকায় রা রা লাগুনরবনি।

ইমাতোনন। ঐখোয়বু করম্না চানবিবা। ইমাতোন ক্ষুন হৈরমখৈ কৈ, যৎনরক্তু যদি বীরেননা কনাবুস্থ কিবা লৈতে হায়রসিদি নিংশিংবিবা কৈ। ইমাযক লৈরম্লবাদ অসুম খোকলমলোইদবনি। অদুবু নহাকথকতগী পুন্নমক মাঙ তাকথিবা নত্রা?

সখী—ইহাকথকতা করি মাঙ তাকলহুনা হায়য় শেংনা হায়য় নত্রবদি ওসি জ্ঞান তাওকো। ঐবু লৈকায় মমাংদা য়োল্লিত্রা?

বীরেন—(নোক্তুনা) ওক্রবী; নঙদি ইমাগুম্বনি অদুবু নরমচংকী হায়রবদি য়োনবনা মতিকস্থ চাদে কোইপু পুহুনা হাগদবনি। নঙগুম্বগী করি লৈত্রবা নশিংখা অহুনা ঐবু লায়না মাঙহনগনি হায়বহুদি নোক্লিংব রানি। নঙবু লৈকায়না করি শোন্নরি নঙদি খঙলিরোই অদুবু ঐনা শোয়দনা খঙহনলহনি। হুমিংতু ফাওবদ ঐনা করি লীলা শান্নরকপা নমিং থিংনা য়েংউ। নহাক্না ঐবু মাঙননবা শিল্লিবা পুম্বা ঐনা হরাও হরাও য়ারি অদুগ: মদুগী পাওখুমদি......। (তপ্প: তপ্পা খোকখি)

সখী—ভাবোকচফুগী গুক্রে না মচি পান্দুনা কৈদৌনি। সখীগী ইতিক খঙগদবা হয়েংদা মঙাইরবদা। ঐবু মশক খঙদবা শারিয়ে। ঐগী খুজিল থৌরাংতনা মমা মপা পুম্বা মাঙহন্দুনা ঐনা রাণী শাহুনা লৈরবসিদা। লুহোংব কায়নবা শিনবস্থ ঐনি হায়বা খঙদবা শারিয়ে। মাদগা মাঙলবদি লোইরে. মচনুপীসিদি কেছে...। নিপা অমদা লুপা ১০০০ দা কোক য়োনখোকখিনি। অত ওইরবদি সম্পাতি পুম্বা ইমা ইচাগী......। মাগুম্বনস্থ ঐবু শিংনবা শারিনে। মাগী রাবৈ হায়বা অঙাংহুস্থ কোক লাকলোইরবনি।

য়া থর তাম্নসি হায়রগা। অহাংবা, মতাং চাবা কানসিনফি থক লাকপা হৌনদে। (রাবৈ চংলকপা) ও মং যৌদি য়ৌরকলেদনা।

রাবৈ—হোই ইন্দোল ইবেম্মা।

সখী—রাকমছুদি করম তৌনরে ?

রাবৈ—মঙ্গল ওইগদৌরি। ঐনা পুম্নমক হমছনা থিরুরবনি। মহাক চৌজিক Inspector রাজেনশীদা থবক তৌহনা লৈবা মুমিং নিনি শুরে।

সখী—Inspector রাজেনশীদা! অছুদি রাম্না থুনা মাবু মকমছুদগী থ'দোকখিনবা তৌবা তাই। করি উপায়।

রাবৈ মচাম্নপীনা লুনা তৌই হায়বসিমমু ঐনা ভাবা ফংজে। অছনা য়ারবদি ওসিমক।

সখী— ও, রাম্না ফববা বুদ্ধি অমা লৈরে। মহাকপু হুরানবা শিরসি...।

রাবৈ—কমদৌনা ?

সখী—মহাক অমুক হন্নকখিগনি। মতমছদা ঐনা লোম্না মাগী ফুরিং-খাওদা নঙনা নহান য়েপলকপা ঘড়ীহুগা, নঙগী সনা খুদোপ্পুগা হাপচিনগ্রবা.........।

রাবৈ—অছুগা মথাদি.........?

সখী—মানা চংগ্রবা মতুংদা নঙনা Police কা লোয়নননা মাবু ফাবা। মাল কাংবনিনা মাঙোন্দা শোয়দনা দণ্ডী। অছুগা তৌবদি ইবাম্নি হায় কয়া মুন্না থঙগদবা শাগদবনি।

রাবৈ—অছুদি পুং কয়ামুক ভাবদা......।

সখী—অছুদি ঐগা অমুক পুং ১১ রায় তারকপদা উয়থিজি নঙগী খুদোপ্পু ঐঙোন্দা পিরমলো

য়াবৈ—( থুদোপ লৌথোক্লুনা পিবা ) অহৌদি মহাক লাকত্রিবৈদা ঐ চৎলে (থোকখি)

সখী—শোয়বা য়াদে। মমিৎ অমুক্তং খৎলগা ) খঙলেদনা; মচনহুপীগী নথুত্তা তারবনি......।

'মৈ মুংপা'

১/৩

Inspector রাজেনগী য়ুম। হুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ১মুক তারা।

( নিংখিনা য়েক খোৎলবা, লৈত্তেং শুনা লৈরবা হায়ফেৎ নাম্না থম্বা, মী লাক্লগা কমননবা কানি। বীরেন পেংখাক্তনা লৈ। নলীনি চংলকপা। রারী য়াতাই শান্নবা )

নলীনি—ঙসিদি রা অমতা হংজগে, অচুম্বা তাকপিগদ্রা ?

বীরেন—হেক্তা তাকপিয়ু। অথঙবা লৈবগদি।

নলীনি—রারেৌবীবা য়াদেকো হান্না হায়জহৌরিবসিনি।

বীরেন—করি ওইরিগবা··· ?

নলীনি—থোইনা লুবা রাকমবুদি নত্তেদা। ঐনদা হুংঙাইজদহুনা। নত্তে করিগীদমক্তা অহৌগুম্বা থবক শুহনা...... ? মীগী মমাংদ...।

বীরেন—ও! অহৌগী ওইরদি ঐঙোন্দদি করিগু ওইনা থনজদে। করিনা হায়রবু ঐখোয়গুম্ব লায়রব জাৎসিদি থোকমবা অকংবা অমা হেক্ত, হিংনবব শুবা তাই।

নলীনি—অহুবু পাঙ্গলোমদদি শোকচলকইবা।

বীরেন—অহুবুদি চুম্মি। অহুবু উপায় লৈতবননি। পুলিসিংদি অকবদি তম্নমত্রবনিনা, কনহুম হৈনরে। পাঙ্গলনা শু-নোমহুনা কনাগুম্বগী চিরোল য়াওদনা পুলিস লেনবা হায়বসিমক ঐখোঙ্গদি ওম্মোক্লা পকনরে। নত্তে ডাক্তর সাহেবপু লুক হাবিয়ত্রা?

নলীনি - চাঙ্গদ্রি। বীরেন, ঐনা নঙোন্দা নোংমা মতাংচাবা কান্দা য়াম্না চিক্ল: রারী অমা লিহুনা তাহনগে নিংলি। মসিদা নহাক ঙাইহাক্তং মতম কায়থোকপিবা ঙমগদ্র.?

বীরেন—(নোকতুনা) করি রারীনোনে? অচিকপদা মত্রবদি লিখোকপা য়াদবা জাংলা। ঐদি কনাগুম্বগী অর'-অনাগী রংরী তাবদি কয়া হৈনজদে। অহুবু ডাক্তরগীদি লুংঙাইবা রংরী মওইরমগনি। করিগী মতম মাঙলুগনো?

নলীনি—হোয়, লুংঙাইবা ওইনা লৌবগে হায়রবসু কায়দ অহুবু, ঐঙোন্দদ......। মরে মসি নোংমদ শোয়দনা লিরগে খল্লি নত্ত তাদি তাবিনিদনা?

বীরেন—অহোই; তাজনি। -থেংথত্রবদি চাবা থকপদা........।

নলীনি—ফনি। অহুদি ঙাইহাক পোথ বিহৌখো। (বীরেনবু মিংয়েং অমনা হায়ফেং য়েংলমলগা ইমুং চংখি। তাঙ্গাসিদা রাজেন গোপেন রাবৈ সখী পরপ পরপ চংলকই)

রাজেন—(ওক্ত) ঐমক্তী য়ুমদা থোক চংলক্লবা।

রাবৈ—মানি খুড়াইবুংঙো। মহু থোকনি। ইখুংমক্তগী শংলগা চেনখ্রিবনিনে, তৌবা কয়াদা ঙমলিবনো হায়বা।

গোপেন—কয়া থাজফাক্তেদা Sir.

সখী—কদায়দগীনোদা ; ইমাংমক্তদনিসে ঙিপাহুনা চেনখিবহু। ওম্বু ওমইনে। পোৎ-লাক্লপা মীগী ময়ুমদা থবক ওহনা বাবু শাহুনা লৈ'রিবসিবো। (মরি মরি বীরেননা কমলিবা কাহুদা চংলকই)

রাবৈ—মানি Inspector সাহেব, নিপা অসিমকনি ঐঙোন্দগী খুদোপ শংখিবহু। (বীরেন ইঙক ওক্লা য়েংহুনা লৈ)।

সখী—মানি, মসিনি পোৎলাকপা হুবানবহু। মহাকপু ফাবিয়ু। নত্রবদি ভুংদা অকবা ওইরকলোই।

বীরেন—(ওক্লা) করি হায়বা ইমাতোন! ঐবু পোৎলাকপা! ঐনা পোৎ লাকলমলবা?

রাবৈ—হায়। কয়াদা তৌবা ওমলিবনো। নচিন্দুদা খুপাক্লা থাজিনলুরা। মশক ইখঙ-খঙনদবা মুপীসিদা ইমাতোনকা কৌশি-নগদনা। পোৎভু কোক পুখোরকউনে, কান্নরোইনে।

বীরেন—রাবৈ! নহাক ইনাওগা তিন্নবনি ইনাওগুম্বনি। অদুগা নঙনা ঙাংলিবা রাঙাংহু কবিনো? ঐনা কয়স্বা মতমদা নঙোন্দগী খুদোপ শংখি। নত্রবা ঙাংহুনা নখোয়না ঐবু মাঙননবা শিল্লিবা অসি করিগীনো?

রাবৈ—কান্নদে Sir, মন্না লৌবিরুহু। য়ারবদি মশাদা চোক অমুক্ত···। ঐ নিপা অসিবু ভশেংনা চিংনজৈ। মহাক মশা কননবা লৌনম তৌরবা মীশকনি।

সখী—তৌবা ওমথ্রেদা সত্য, ঐখোয়দি কিবু কিনে।

বীরেন—ইমাত্তোন?

রাজেন—ভাইখো, ভপথখো পাখঙ। মখোয়না নঙবু চিংনরবনিনা

চোক অমুক্তংদি তৌগে শাওহুকো ... ...। গোপেন অমুক্তা
য়েংউ, ঐমক্তি কন্না মথাজদে।

বীরেন—ঐবু অপাম্বা মওংদা চোক তৌবিয়ু। ঐগী করিস্থ খওজবা
লৈজদে। (নলীনি থোরকপা, ওক্লা য়েংবা)

নলীনি—করি থোক্লে পাবুং?

রাজেন ক'রস্থ তৌদে।

সখী—ইবেম্মা হুরানবা কাবা লাক্লিবনি।

নলীনি—হুরানবা!

রাবৈ—মানি।

নলীনি—ওইথোকতবা য়ানি। (তাঞ্জ সিদা গোপেননা চোক তৌবা,
ঘড়ী অমগা সনা খুদোপকা থেংনবা, পুথোরকপা)

রাবৈ—মানি মতুমকনি। কয়াদা তৌবা ওমগ্রবা। (বীরেন ইওক
ওক্লা জ্ঞান মাংহনা চপ মুংনা লেপ্পুনা লৈবা)

গোপেন—হায় হুরানবা; ওসাইন কোক হায়দোকপা য়াত্রা (মকলাপন্তা
চৈনা কনলি) করিগীনো নওনা য়ুমসিদা কদর তৌহুনা
লৈরমলিবা?

নলীনি—ত! গোপেন.........।

রাবৈ—হৌজিক্তি; Sir, পোৎকা কোন্ননা কারবা হুরানবা অসিগী
মথা করি?

রাজেন—অহুদি ঐগী ইথৌনি।

সখী—লেম্না থাবিগনু বাবু।

রাবৈ—Sir, ইথুংতগী ইরল লোবা মীসি লেম্না থানিংদে,

য়াম্নবদি .. । (ভাইহাক ত'ঞ্জ য়েংলমলগা টেবল মথক্তা তারিবা কাতিহ্নু খুনগৎপা)

রাজেন— পাখণ্ড নঙদি করি খল্লি ?

বীরেন ঐ থৌদোক অসিমক করিস্নু ভাব তাবা ওমজদে অহুবু ইশাদা মাল ফংলবনিনা ইরাল অহু ইশান য়াজবা তারেদনা ।

রাবৈ—নশাগী নরালগী মতিক চাবদি অসিনি। (মথুৎ য়ুংতা খুনমদা কাতিনা থিনবা) খণ্ডত্র ? হুরানবা হৈনবা নথুৎতু-পেক্কত্রা ? চৎহেরে Sir, জেলদা পিবিগদবনি ; নত্রবদি...... । (ওক্না য়েংহনা লৈহৌবা, রাবৈ ; সখী থোকখিবা, বীরেনগী মথুত্তগী ঈ হাথবা)

বীরেন—পুন্নমক ইমাতোন নঙগী খুজিল থৌরাং। ঐ পুন্নমক ভাব তারকলে। মানি ঐ হুরানবনি। রাবৈ নহাক খণ্ড। ঐগী খুৎতগী চেস্নরকলিবা মরাল লৈজত্রবা অসিগী লমনাদ ...। ঐস্ন মীনি। মীনা মীদা ওৎলবা। Inspector সাহেব ঐবু হৌজিমক ফংকম থোকপা দণ্ডী অহু পিবিয়ু। দণ্ডী ইশানা যাজরি। (নলীনিনা বীরেনগী অশোকপা মথুৎতু Dressing তৌই, বীরেননা রানা থাঙই)

রাজেন—মালগা কোম্ননা ফারবনিনা ঐনা নত্ত কন্নবা উপায় লৈতে। অহুনা আইনগী মতুংইন্না...... ।

নলীনি—পাবুং ।

রাজেন—হুপীমচা নঙন হুরানবা অমগীদমক অহুম খনবা হৌনদে। গোপেন চৎনবা তৌসি । মথুৎ পুনশিনুলু । (মনজিৎ লাওহুনা চেনশিনলকই)

রনজিৎ—কাব: য়ারোই। মহাকপু কাবা য়ারোই। ( বীরেনবু মুয়া য়েংই ) নত্তে, মহাক হুরানবা নত্তে। লৌনম্বনি .....।

বীরেন—মরূপ করিগী চিংনরি। ঐ পুম্নমক খঙই, "কনানা করি লীলা শাগ্নরিবা ?" মালগা কোয়না কারবা. Police কী মখুৎ চল্লবা ঐহাকপু কননবা হোৎনরগনু। মীওইবা লাই নত্তে। য়েংউ ইখুৎ অসি উরেদনা। হুরানবা হৈনক্লবগীদমক দশা কংজরিবনি। ঐ হুরানবনি। পোৎলাকপনি।

রনজিৎ—দশা! করিগী দশা!!

বীরেন মানি দশানি। ঐনা নঙোন্দা হায়রমগদবা হায়ববু ঐনা দত্তি ক'লিদৈ মনুংসিদা মরাইবক খিরবা ঐগী ইচন অহুত্তদি চেকশিন্না শেন্নবিরমউ। ঐ মহাকীদমক রাদবা ভমদে ঐঙোন্দা খোকলিবা দশা অসিগুম মঙোন্দসু শোয়দনা যৌরকলগনি। মচন অমনি খন্দুনা নঙনা মাবু কনখিয়ু ; নখোঙ পাল্লহুনা হায়জরি। মসিত্তনি ঐনা নঙোন্দা নিজগদবা।

রনজিৎ বীরেন! মহাক ঐগীসু ইচননি। অদুবু খোকলিবা খৌদোক অসিমক্তি খর সুংঙাইতে। ভসিদগী মবুং অমা শক্লা ঐনা ইচনগী পুজিগী ভাক শেনবগী ভার অদু নঙোন্দগী লৌরবনি।

বীরেন—য়ারবদি নঙগী ননাক্তা খমবিয়ু। ঐ মহাকপু কি। কত্রবী মুগী অদুগী শারবা, খাঙবদা রারবা মীওৎ অদুদগী ভসিমক কনবিরো। মরূপ ঐ চৎলে। Inspector সাহেব ( চংননবা ইঙ্গিত তৌই। ) রাজেন + গোপেন + বীরেন + রনজিৎ মরি মরি খোকখি। মলীনি নিঙঙমদনা বীরেনবু মুয়া য়েংহুনা লৈহৌই।

"মৈ মুৎপ।"

# অনিশুবা শরুক

## ( ১ )

থা অমগী মতুং।

সখীগী য়ুম। য়ুমিংয়ুংবা মতুং পুং ৪ য়োম তাবা।

(ভাংবগী পেনবা নাইত্রবা সখীনা রাই শিংনা শিংনা পংভাংদা ভাংই)

সখী—করিগী নৈশাখীনোনে মসিবো। মাঙ্গোল মচেৎসি ফাওবা রাই শিং শিংতোকনিংদেনে। মীনা পু-থাং ওম্বা মচা নত্তেদা। মী অমত্তগী মাঙ্গোলবু অশুম চাইবসি খেংনরব্রা নওবো হা। নম্বিৎতু উত্রা। চাইরবদি কোক কোক শিংতোকপা য়াত্রা। মচিন মৌপ্‌। চপ মান্নবনিনে। মবুংনি হায়না তৌরিছনা পোৎ লাকঅমবগী জেলদা নৈপ্রে। থবকতি শুনিংদে লেলদমক পামই। নওমসু জ্ঞান তানা চৎচোকো। ঐবু চোপহন লাকহনগনু। হাই নওবু তারিব্রনে মালিকা। ফৌ চেংগকা শুরব্রা?

মালিকা—( ইমুংদগী থোরকপা ) করি হায়গে ?

সখী—করি হায়বগে? করিসু হায়জদেয়ে ইবেম্মা নওবু কৌবগা ইতা তাদবসিবু ননাছু পংলবা জাৎলা। নত্তে ফৌ চেং শুদোকপা য়াব্রা?

মালিকা—ওসাইনা শুজরে।

সখী—অছু ফৌ শুবা লোইরবদি চাইরি খোৎলিবসি লোইশন খোমজন তৌবদি য়াব্রা। করিগীনো নওনা ঐবু অমুক লৌতান্নরিবা, হা। নবুং হুরানবছনা ইনশিনলমব্রা? নওনে জ্ঞান তানা চৎচৌহে, নম্রবদি খওদেদনা ঐগী শক্তি

মালিকা—ইম' ! হৌধ্রবা রাহু কোৎতুনা পকতুনা তাংলগা ইমাগী করি তুংত্তাইবগেনে ?

সখী—ইস ! হৈবিরেদা ইচাদি। কিবু কিরেনা। নত্তে হুরানববু হুরানবা হায়রগা নত্তনা অতুক শাওরিবা করিগীনোনে ?

মালিকা—ইমা ; ঐগী তাঁমোনা অশেংনা হুরানবা মী অমগুম অতুগুম্বা লমচৎ চৎলমগনি হায়বসি ইমা নত্তনা মী অমতা থাজবা পোকলোই। নিংবা থুংলবনিনা ইমাদি পেল্লরিনি অংগা...।

সখী—অহুগা করি। মথা তাখোনে, হৈ-শিংলেদা নমাইত্তদা শুম-জিৎসিনা কনলুরা।) শুমজিৎ থাঙ্গৎপা, তাঞ্জাসিদা রনজিৎ চংলকপা )

রনজিৎ—ইমাংদ থাঙ্গৎলিবা শুমজিৎতু অমুক্তং থাংথবিবা কান্ননি ; ইন্দোল ইবেম্মা। মীত্তোন্দা ফত্ত-হৌদি শিৎননবা শুমজিৎ অতুনা কনলবদি করি থোকপা হৌনৈ। নরাল কনখোকচনবগী-দমক করিগু খত্তজত্রবী মুণীমচা অসিদা নশিংখা ফুক্তোক্তুনা শাওবা চৌনদে। ইকাইজত্রা ? তপথবিযু, চৌনদেদা।

সখী—(মমিং খান) ইবুংঙো কমু কমু। (শুমজিৎ থাদে,

রনজিৎ—কমত্রবস্থ য়ারনি ইন্দোল। নত্তে মালিকা নত্তদি ইন্দোলদা করি অকায়বা চংলুরে ইন্দোলনা অস্থক য়াম্মা শাক্তরবদি। ইবুংদা অতুক হায়যু তাসিদনা।

সখী—হিস। ইবেম্মা তম্মু তম্মু পেন্ননবা তমউ।

রনজিৎ—হায়য়ুনে, করিগী চিংনরিবনো। ঐত্তোন্দা নত্তগী নবুংনা নত্তবু ওক্তোক্লা লুনা শিম্নরম্বনি। করি অরাং অপা ইন্দোলদা লৈবি-খোংপিম্ন হায়রুরবা, মচামক্তি নত্তবনিনা ... .. ।

সখী—ইবুংঙো রনজিৎ রাজা অসিদি। নত্তে ইবুংঙোগী করি নখৌ লৈদ্রবা ইমু: অসিদা অধিকার শাবিররিবনো? নত্তে চুপীমচা মালিকাসিবু নঙগী করি থোক্লবগে? অমুক্তা হায়য়ু।

রনজিৎ—(শাওরংননা) ইন্দোল। ঐগী ইথৌ য়াম্না লৈ। মালিকা ইমারবগী মচন চুপীনি, ঐগীগুম্বনি। অতুগীসু মথক্তা মরুপ অমনা মরুপ অমদা করম্বা মতেং; নঙদি খঙলমলোই। করি মরাল লৈজরগা বীরেনবুদা ওৎপত্ত পেনবিরক্তুনা করিসু খঙজদ্রবী চুপীমচা অসিকাওবা ওৎপিগে হায়রিব্রা? বীরেননা নপুকতগী তাবা নচামক ওইরম্রগদি অসিগুম্বা লমচৎ মহাক্তী মকমদা নঙনা চৎপা ওমলমলোই। নচা অপোকপা মহেন্দ্রদা লুনা চাম্না তৌবা অতুগুম মালিকাবুসু তৌবিবদা করি অকায়বা লৈ। ইন্দোল নশা পুম্বত্তু মহিকনা যোমলেহে। চেকশিনহৌ নোংমদি মহিক অচ্ছনা চিকত্তুনা শোরদবা মাঙলথিগদবনি। নচা মীচা নাইনা চৎকনু ইন্দোল

সখী—নঙনা লোইনা খঙবিরেনে ইবুংঙো।

রনজিৎ—নরবচৎনা কোংদে.কচরকপনিনা ইন্দোল শাগী লমচৎ চৎলগা মী শাগে হায়বত্তবু নোক্লিংবা পোকচদ্রা নথনতা। ঐদি নোকনিংই।

সখী—ইবুংঙোনা য়াম্না অওৎ অপা শাবিরিবসিবো মালিকাগা করি থোক্লবগে? য়ারবদি ওসিমক পুর্বগ্রো। ঐঙদি মতেংলনি। গুকথাক হেক থাকনিংদ্রে ইন্দোলদি ফজত্তুনা তৌবনরা করিনো।

রনজিৎ—থাকতবা য়ারোই। নত মমা অমা ওইগদবনি। চুপীমচা করিমতা চীংনরুদু। ইবুং চৎলে, নোংমা নঙবু লৌবা লাক্কে। ইন্দোল, মালিকাগী মকমদা ওৎ নৈবা থেংনরবদি......

সখী—ইস ! করি তৌবিগে হায়রিবা । ইবেম্মা নবুংশী মতুং ইনহৌরো।
চংশ্রো চংলোনহে ।

মালিকা—তাবো ঐসু লাক্লে, অমুকা তাইরমখো ; ঐসু লাক্লে । (মশম
মনা ইকাকানা চেনখোকখি)

সখী—ফুংতাইকক্লো সত্য । সখীনা নিংবা থুংলেদনা । সখীনা
শিনবা থৌরাংবু কদায়দগী শোয়গদগে ? ইমা-ইচানা ফুংতাইনা
কৈখোকলগা লাক্লবেদনা। কনানা করি তৌজরদগে ? চানিংবতা
চা ; লেংনিংবদা লেং, সখীগী পুন্সি ফুংতাইবু অমলেদনা
ঐতোন্দা কৈরী ওইরম্বা মথৎ লোয়না তা স্নাক:শ্রদনা । ঐগীদি
হৌজিক হৌজিক ফুংতাইরেদনা । মতুং তাবদি লাইন তম্রবা
অমা মরাইনা লাকচবা হায়বহুনি। ঙসিদি তাইম থোংহুনা
চাখোককে । (মহেন্দ্র হায়রং হায়রং চংলকপ, মরোল মরি ইকাই
কাইনা লাওরকপ )

মহেন্দ্র—ইমা ! হো ইমা তারিব্রা ?

সখী—করি অমুক তৌরে, য়ু থকলুরেনি ?

মহেন্দ্র— য়ু নত্তে; অমৃতনিনে। নত্তে হৌজিক কাওবা চাক থোংত্রিবরা ?
ইমা নঙসিদি লাইম ফত্তেহে । মীনা কত্তে হায়নবসিদি
লানদেদনা । অ.ং অমনিকো.........

সখী—করিনোনে নঙনা তাংলিবহুবো ?

মহেন্দ্র—অওইবনি ইমা ঙসাইদগী চাক চারক্তি অহুগা হৌজিক
কাওবা । চাক থোংবা ঙমত্রগা নহাননা মথৌনুগী পুরক্লগে
হায়রবহু হেক্কা মরাদেনে । করি হায়রিবনো থংদেনে ।

সখী—(বোক্‌না) ইবুংঙো সনামহুম, ইমাগী—মনিমহুম। ইমানা মঙ্গ

অমা তাত্রি হায়রুনা য়াদবনি, ওসিকপীদি নাথৈ শেংলে, ইমা ইচাদা ঙাইরে। ফ.ত্রা করিনো নঙনা খোকপা হেক্তা পুশিন-লকপো। ইমানা দায় ওইনি ইচাশিদি।

মহেন্দ্র—অদুবু ইমাগী নতৌদুদা কনামতা লৈশি য়ারকলোইনে। কারুরে Police না কোয়তান তারনি। চক্ষু মকম চাদবদৌনা ক্ষেরে ক্ষেরে হায়রুনা লৈনি। অদুগা করি কায়নি। ইমা নঙসিদি ওম্থোক্না কম্বেহে। ঐহোন্দা কাওবা ওংশিনলি। নঙ মত্তোমতা দুংঙাইনা পাঙ্গৌরে, ঐসু চৎলগে।

সখী—হায় ঙাওশিন্নরুনে। ইমাগী হায়বদু নঙতনিনে। তৌনিংবতা তৌরুশদু হায়রুনা ইমানা নলিং তমহনবসিদা নঙসু কেবা অমা য়াওরেনা মহেন। শেল ইমানা তিংগদবনি, নঙনা অপাম্বা দুপী অমা হেক্তা ফারকউ ইচাসিদি। চাকতুবৃদি নিংনা কুপ্পদা লোইন্দা। নত্তে নঙদি য়াবৈগ করি কারদি হায়রুরে?

মহেন্দ্র-করিসু খোইনা হায়নবা লৈতে। শেল পিবা দুমিত্তা ইচন দুপী পিনি হায়রুন হংখরিবনি। করি কায়বগে?

সখী—করিসু কায়দেদা। করে করে ইমা চাক থোংলুবগে (চাকথুম চংখি)

মহেন্দ্র—পরপ পরপ লোইরমউ ঐসু অসিরাইকাও চৎলুখিগে হায়রং হায়রং। ইমা চাক থুনা লোইরমম্রবদি য়ারোইদবনিকো। (মহেন্দ্র থোকখি)

"মৈ মুংপা"

Inspector রাজেনগী যুম। অমুক পুং ৮'৩০

( রাজেন রাখল খন্দুনা তুমিন্না কয়ই। ...কী চে মুং খরমু গুচনা বৈ গোপেন মৈতৈরোন খবর অমা পাতুনা চংলকই।)

গোপেন - সত্য; মৈতৈ মচা সিংমু কত্ত লাকুবদি ন ত্তেকো।

রাজেন—(মুয়া য়েংলগা কবি অকবা খবকী পাও কাওরকগেনে নঙনা নতোমতা হয়াওজরিবহুনা? খৎন চৈনবনদি মৈতৈসি কবনিনে। ওরাং খাংনা য়ামহুনা শোক্লিবগী পাওহু ওইরিনিনে।

গোপেন—নংত্তেদা Sir, মৈতৈশিং সিবু ইখা থাজবিক্রিবসিবু। নত্তে মখোয় অমা অনিনা কত্রগা মী পুম্বা চেম্বিবসি ফত্তেদা। ঐনা হায়জবদি চেঙ চেংকোক অ'বু চ গ্রং অমবা চেক মাঙখোকপহমু কত্তে হায়জরিব।

রাজেন - নত্তে অতুবু কবি পাওনো। পারকলো তাবসনে। পাদি পারকে, তা'ঙিদি অমুক্তোইবা। ( গাপেন খবর পাবা)

"মৈতৈ মচানা Gauhati University গী B. A. পরীক্ষাদা মকোক ওইরে।"

রাজেন—অওইবরনে গোপেন....... ।

গোপেন—খবরনা অরানবা হায়রম্লদি খত্তে। ননাই ঐগী মিংনাদ লানকত্রে Sir,

রাজেন—কবি মখিং কৌই? কবি লমদমীনো? মখা পাখো ইবো। মৈতৈসিমু হোংনরবদি মীরক চংবা য়য়াবনিনে। তৌজিক কালুগী নহাশিংসিনা মঙং অমা ওইনা চৈঙ্খবাসদা... ।

গোপেন—মানি মানি অওইবমকনি। মধা পাক্তরককে মুন্না তাবিয়ু (খবর পাবা ) Sir, বীরেন কোইঈ ম্বাকতি থঙজে, "এনঃ"নি।

রাজেন—মপা মমাদি ?

গোপেন—খোইদোকপা খেংনজদে ।

রাজেন—করি লমদগী অভাংবু ওইরিগবা ।

গোপেন—(মুন্না খবরদা য়েংবা) Sir অমা চিংথজৌরে ।

রাজেন—নমিং থকইদা, করিনোনে ?

গোপেন—মশাদি জেলদা লৈরি হায়রবা । কনা ওইরিগবা । খঙনিংঙ্গেদ।।

রাজেন—জেলদা লৈরিবা "এনঃ বীরেন ।" (তাঙ্গাসিদা নলীনি চংলকই)

নলীনি--ভাদ চা গ্লাস অমতা থকশিবা।

গোপেন—কনি।

রাজেন—মুপীমচা বীঃ এঃ পরীক্ষাগী ফল কংলত্রা। খবর যাওরকপ্রা ?

নলীনি—মৈতৈ মচানা First Position' ওইরে অসিনখৈদি লখীদা ভাংনহৌরে। খবরশু রাওরকই য়ুমদা জ্ঞান তানা য়েংলুরগে হায়দুনা.....। (গোপেন চা লোনবা চংখি)

রাজেন—অমুক্তা য়েংসিদনা। (নলীনিনা খবরক্ত বেগ ৩গী লোথোক্তুনা লানশিনবা, রাজেননা মখোল থোক্তনা পাবা)

নলীনি—চুম্নবরা পাবুং। মৈতৈ মচারা ?

রাজেন—মানি। (মথরাই হুংভাইভবা মঙংদা) মৈতৈমচানি।

নলীনি—মমিংবু ?

রাজেন—নঙ হেক্তা পাহনা য়েংহৌরো ঐদি মুম্বু য়েংজ্রি। ইপা পোৎ অমতা লৌথোকউংগে। (নলীনিদা খবর পিরম্লগা ইমুং চংখিবা)

নলীনি—( খবর পাবা )

N BIREN SINGH, Son of the Late Prof. N. Jaichandra Singh

(খবরদা য়েকপা বীরেনগী photo অমদ কোনশিনবা। তাঙ্গা-সিদা গোপেন চা পুথোরকপা) পাবুং .. ।

গোপেন—কার তৌবে খবরগদা অহুক চেংনা কোনশিনজিবদি। মৈতৈ মচানি হায়বত্তুদা লুংঙাইবা কোংদোকলিবরনে?

নলীনি– B. A. দা first. (রাজেন থোরকপা, গোপেন চংখিবা)

রাজেন - B. A. দা first তারিবা নিপা অদু কনানো নহাক খঙব্রা?

নলীনি—খঙলমই অদুবু হৌজিক্তে খঙব্রবগা অমতানি।

রাজেন হায়বদি মহাক্না B. A. দা first তৌববসু চেনদা লৈবা মরম্না হৱাও লুংঙাই পাও অসি কংলমলোই আসিরা? নত্রগনা?

নলীনি—কংলম্বদি য়াই অদুবু লুংঙাইকম থোক্তে। নঙ্গে পাবুং তবানবা অমনা first ওইরকনি হায়বসে রাখলনা লাম্বদা খর রানা থোকই। মহাক কনানো ঐ শংনা খঙল ঐ রায়া কত্রবী হুপীনি ...। মহাকী পুন্সিবু ঐনা কয়া ফত্তনা লৌরম-লিবা.........। (হৌথ্রবা পুন্সি মতেক অমা নিংশিংবা)

রাজেন—মতুগীদমক ইপানা নঙগী নকমদা লাল্লবনি। মরমদি ঐনা অগানবদা নঙগী পুন্সিগী অনিংবা লৗম্বা থুগাইনবা শিনখি। মতাং অতুদগী......। অদুবু হৌজিকসু মতম লৈ'র।

নলীনি—অদুবু কাম্বররোই।

রাজেন—হায়রদি ··· ··· ।

নলীনি—মহাক জেলদগী থোরকপগা নিঙমদবগী মৈরিনা চংকুনা লমন থুমনিংবগী রাখলনা লমজিংবা হৌগ্রগনি। মতম অদুদা মাবু খিংনবগী শক্তি অমমুক পাবুং মতম অদু লাক্লরোই।

রাজেন—মদুসু ওইথোকপদি য়াই। অদুবু মহাক মশা য়াম্না শোকচিলে। জেলারনসু ফনদি লুনা তৌবি হায়ববু মচম দুপীগী খল্লুবদা চাবা থকপা চংদে হায়। মহাকপু মতম চানা লাবেংবি-হৌরবদি মপুন্সি ফাওবা মাংলকপা যানা লৈরব্রা?

নলীনি—অদুবু করি উপায়। জেলদগী থাদোক্কদবনা তুমিৎ কযানি রাংলিবা।

রাজেন—১০ নিমুক রংলি অদুবুদি ইপানা থোকপা তৌবা ঙমগনি। অদুদা......।

নলীনি—অদুদা হায়বদি, ঐগী রাকমলা। ঐবুদি কারিসু হায়দে। পাবুংনা তৌ হায়বা অদুতা তৌজগনি। পীক্লিকৈদগীসু পাবুংনা হায়বতা ইন্দুনা লাকচরিবা নত্রা।

রাজেন—হৌথিবদি হৌখ্রে, তৌজিক্কি ঐ অমুক পস্তদুনা লৈথোকল-রোই। মহাক শোয়দনা যুমসিদা লৈগদবনি। নহাক্তা মহাকপু কক্লি কাওবা লায়েংগদবনি। ইপা চংলে মাবু লৌথোকপা (থোকখিদা)

নলীনি—হা ভগবান! ঐগী লাইবকসি ওস্তোক্লা থিনা তমবিরমগ্রেদা। খঙলম্লবদি ঐনা মহাকপু কনানো হায়বতু, মতমতুদা মহাক মিনোক চাওবা সমাজ মমাংদ ইকায়বা নঙলমলোইদবনি। অদুবু পাবুংগী য়াথংনা কনখিবনা···। হৌজিক্কি ইখুংতা তাররবা মণি অমুক

নাম্থোক্কহনখিবা য়াদ্রে। ইহাকথক্কীদমক ফুংশিরবী মমা কায়নবা, কয়াদা কত্রবা ঐনো। ফত্রবী মমাতোনগী খুজিনদা মচন মুপীনা কমদৌনা লৈরমগদবা...। ভসিদগীদি মহাক ঐগীস্থ ইচন মুপীনি, মহাকী খুদোংথিবদা ঐগীস্থ শরুক লৌকম থোকই। মরাল লৈজ-দ্রবা মচাকপু নমত্তুনা মরাল শিজিননবা হোংমরিবা মীওই......। অত্তকপনি মীওইবা। অত্তকপনি মুপী! পুম্নমক মহাকথক্তা মচেৎ মচেৎ তানা কায়না তারবা মপুন্সিবু ঐনা অমুক ইনৌ নৌনা য়োকথংকনি। ঐস্থ মুপী অমনি। বীরেন, হৌগ্রবা পুন্সি অত্তুগী-দমক ঐবু নওনা ঙাকপিয়ু। ঐগাকী পাপ অসি অমুকতদি কোকপিয়ু। ভসিদগীদি ঐস্থ নতুং ইনজরক্লগদবনি। (বেগত্তু পাইত্তুনা কিংনা থোকখি)

"মৈ মুংপা"

১/৩

বন'জংবী মুমগী কা অমা। মুংখিল পুং ৩মুক তাবা মতম।

(মালিকা লাইব্রিক পাইদুনা লৈরম্বা যী মবুংগী Photo ত্তু পুথোক্তুনা য়াম্না মুম্না য়েংই, মতোমদা মুদ্রম মুকন শোনবোই ওাংই)।

মালিকা—তামো নহাকপু করম্না ফুনিংত্তা ঐনা অমুকুং উজবা ফংগবা। নহাকী কোতো অসিদি নিত্তিগী উবা ফংই অত্তুবু মেংলবা নব ছৈ অত্তুনা নচলবু কৌবা অত্তুদি নোংমতস্থ তাবা ফংদ্রেদকো। নচন মুপী অমা রানা থাওলমগনি হায়বসি করিগুম্বদস্থ খলদ্রবরনে

তামো। (মপি তাবা, চাওবা চংলকপা; মালিকা চাওবা চংলকপা খঙদে, চাওবন য়ান্না সুংঙাইতনা য়েংদুনা লৈ) তামো নচনবুস্ম মফম অদুদা পুবিররোনে। খাঙবদা রাষবা পুশি অসনা তামোগী নরম খুপ্না খাঙবদুবু নিংশিংবিত্রবরনে ?

চাওবা—(য়ান্না সুংঙাইতনা) সুপীমচা ..... ।

মালিকা—(মপি তৈতখোকপা) খুড়া, মোডা অসিদা কমবিয়ু (মোডা পানা) করি থবক্লীনো ? তামো রনজিৎতি চৎখোকখিবদা মঙাইবিনা।

চাওবা—করে করে। নত্তে নঙমু খুড়ানা থেংনবা থুনিংগী অমুক্তা নোক-খেতনা তরাওনা লৈরম্বা থেংনদে। নত্তে নহ তামোগীদা লৈবসি সুংঙাংত্রগা খুড়াগীদা চৎশিদনা। চিংনগু খুডাদা পুম্নমক তমথোকই।

মালিকা—খুডা করিগীবুদি সুংঙাইতগনো অদুদা... ... ।

চাওবা—অদুদা হায়বদি নবুংগী থনবদা ... ... .. । অসু নত্তেদো। অদুবুদি কয়া কুইররোই শোয়দনা থোরক্লগন। ইচাশাদ ঈশ্বর লৈরিদনা পুম্নমক ঈশ্বরগী লীলা ছাগিনে।

মালিকা-ঐদি মচন সুপী অমা লৈহৌবি হায়বা ফাও কাওত্রবরা হায়দুনা শাওরমলিবনি।

চাওবা—করিগী কাওগদৌরিবা সুপীমচা . ... । মচাকপু নঙগুম মতম পুম্বদা নঙতবু শোন্দুনা লৈবিবনিনে সুপীমচা। কত্রবা মীওই শং অসিগী থুঞ্জিল থোরাংতনা নখোয়না অসুক থানা লেনলিবা; মসিগী লমনদি মতীক চনা ঈশ্বরনা মরাইবা শিনজবকখিগনি সুপীমচা। ইচাসিদি, খুড়াগোই লৈরিদনা কম্নিমতা চিংনরুপু।

মালিকা—খুড়াহোইনদি ঐবু অচুম্বা হেক হেক খেমজিনবি অদুবু
তামোদি খোরকপা কৌবা লৈতে।

চাওবা—য়াদহনা তৌরিবনিনে ফুশীমচা। (মহেন্দ্রগা রাবৈগা চংলকপা উদুনা) ও! ইবুংঙোহোয়দু মচন অমা লৈরিবা কৌবনিনা উরানিংহনা লেঙবিরকপি। লেঙশিনদু লেঙশিনদু।

মহেন্দ্র—অহোই! খুড়াসু লৈবিরমলিদনা।

চাওব—রারী রাত্তাই খর শাজরমলিবা।

মালিকা—তামোচা। ঙা রাবৈসু য়াওবিবকলি, কবি খবরী।

রাবৈ—অহোই য়াঙজরকলি। সুম উরুদবা কুইবে হায়দুনা।

মহেন্দ্র—নত্তে নঙবু সিদা লৈবসি ফুংঙাইf ব্রনে ?

মালিকা—কনানা শঙনো তামোচা, শিবা ঙাইনবা ফুংঙাই হায়না খল্লগা পংলৈ মবৈরিবা হায়দুনিদা।

চাওবা—মানি মানি ইবুংঙো ; নচনফুপীসি খর খবদি ফুংঙাইর লে। খর খব নোক খেতুনা লৈজব ঙাংলেনেহে।

মহেন্দ্র—খুড়াগী রাত্তাসিদি। নত্তে ঐখোয় শম ইচাবু ফত্তে হায়না হুনবিরিব্রা ?

চাওব—হুং হুং। মতুগী রা নংচদে ইবুংঙো শুপ্নমকতদো হায়বা।

রাবৈ—নত্তে, মালিকা নঙবু য়ুমহুদা নোংমা কাদোকনু মরাকপদি মাবজাংনিহে। নঙ লৈতত্তদগী চমুংদে ভাব অমা ইত্তৌ তৌরবনিনে।

মালিকা—করিগী য়াদদগেনে। অদুবু ঙ'গো খোনক্রগ পুন্না হেক্না লাকলগে হায়দুনা। তামো খোবকাত্র ফ'ওাদি ঙ' রনজিংকী মনাক্ত অসুম লৈখিবা হায়বকুনি।

মহেন্দ্র নঙ শুকলাক লাকনি য়েনে।

মালিকা—ওসাইনা লায়ত্রে। য় য়াদি লাকনিংই অদুবু য়ুমদুদা লাক্লগা ঐগী কবি কাম্নগনি। মকমতুংদি ঐবু ফংশিনবীবা মী অমত্ত কৈতবদুদা, অদুগা ঐবুদি লোম্লবী মচানিনা ইমানসু হরাও হরাও মচাগুম ফু চৈদুন। য়ারকনিংগে হৌদো।

মহেন্দ্র—করি হায়বা মালিক।

মালিকা—অচুম্বনা ত মোচা তামোচানদি ঐবু য়াম্না লুনা তৌবি, ঐসু খঙই। অদুবু ইমাতোম্নদি। হায়দুনা কাম্নদে তমোচা ঐ য়ুমদুদা শুকলৈ লৈনিংদে। ঐনা অসি হায় হায়দুনা ঐবু শিননবা ফুবা তারবসু কনা লৈজগনী, পাঙল শোম্লবী ঐগীদি হায়জবিবাসিনি ঐ য়ুমদুদা শুকলৈ লৈজনিংদে।

রাবৈ—মালিকা নঙসু রাখল খরদি খন্দুবা কৈদা।

মালিকা—মসিদগী হেন্না খন্দনিংঙাই লৈজত্রে।

চাওবা—মানা খুৎখিখিবা অমা লৈরম্লগনি অহৌনি ইবুংঙো।

মহেন্দ্র—অদুবুদি চুম্মি। ঐখোয় ইমাসু কা খর হেল্লি। অদুবু ঐন হায়রিবনা খুড়া।

মালিকা—তামোচা ঐবু লোবা লাকপিবা ওইরবদি থোংখিনবনি রারোৗবিবা য়াদে, নচনদি চৎপা ঙমজরোইদোরে।

মহেন্দ্র—(লাওরণ তৌনা) করে করে। য়াত্রবনিনা করমদি তৌনি নমদুনা ফুদুনা পুবসু য়াপোৎ নত্তেদো। চৎসি ভাই।

রাবৈ—নিংঙাই চাওখ্রগা অঙাংনিদা ভাই। কাম্নপোৎ নত্তে চৎসি থোংখিনবনি

চাওবা - ইবুংঙো অঙাংগা মান্নবিরুরম্ু, লেঙবিগ্নো ; মতাংমনি ।

(রাবৈ + মহেন্দ্র শাওরংননা থোরখি)

মালিকা—শঙ্কাশিংসিনা তৌজশারিসে ।

চাওবা – ইবেম্মা, চংপা লাকপা য়াপোং নজ্রেনে। খুড়ানা মঙ্গু খক্তহনা শাওগে শাওজো হায়ংহনা রাপা চানা চানা হায়জিনজিনহুনি খর ইকায়নবা হায়হনা ।

মালিকা– খুডা, ইকায়বা খঙবা মীত নংহেদ মখোয়না অওং অপা শা বগদগী তৌরিবনি ।

চাওবা—মালিনে মুশীমচা। ফংখিদ্রবা জানিদা। মমা মচা চপ মামনিনে। শরক অসদা মাক্ষৈ রবৈ হাবনাসিমস্স খাবৈ খারা শারা য়াওশিনবীরিনে। ভুংশিদনা লক্ষ্মী লমথা দা অচং অওক্বী শেল খব মুন, পোং চ খর লাক ......। মখোয়সিদ মতাং চাবদা থিনা থিনা চৈগদবনি।

মলিকা—ইকাযবা খঙদবা জাংসিদি ঐদদি ওন্থোক্লা হৈনখিদ্রে খুডা কান্নদ মখোয়গী রা ভাংনকতুনা।

চাওবা—অবৃদি চুপ্পিহে ইবেম্মা। কারবৃদি লৌখৎনিংঙাই লৈরিবগেদো। নত্ত্রে রনজিৎতুবু কদায় কদ যদা চংকনি হায়রমক্রা?

মালিকা—ঐনা হায়জেং তংহৌববু খবর অনতং লৌরুনি হাংত্রা করিনো। ল্যাকহনিদা। অরুযা রাকম নক্রবদি ঐহোন্দা তাকপ রম্বা য়ারোইদ্রা?

চাওবা—করিগীবুদি য়াদনি অঙ্গুদা মশাগা হেক থেংনবা হায়বহনা খর খিৎ মফৈদনা। (রনজিৎ চংকপা)

মালিকা—খুড়া হায়নরিবৈজকদা তানে দি য়ৌবু য়ৌরকলে।

রনজিৎ—খুড়ো, লেঙবিরকলমলি। য়াম্না ফত্তে লুংঙাইবা ঙাইহাক্কং য়াঙমিন্নখিবা হায়বদুনি।

চাওবা—লুংঙাইবা।

রনজিৎ—অহোই!

চাওবা—করম্বা মথলগী?

রনজিৎ—য়াম্না চম্ব মথলগী মনুংঙাইনি। নুপীমচা, ঙসি অসি নঙগী কয়াদা লুংঙাইজগ্রবা নুমিৎনো নহাক থঙলব্রা?

মালিকা—তামো; ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে।

চাওবা—করিনোমে রনজিৎ নঙনা ঙাংলিবদুবো? নত্তে করম্বা লুংঙাইরবা থৌদোক অমমুক থোক্লরবগে।

রনজিৎ—(খবর কাক্তোক্লুন) যেংউ Photo অসি কনাগীনো? (চাওবা, মালিকা Photo য়েংবা)

চাওবা—নুপীমচা নবুংগী নত্রনে?

মালিকা—মানি, তামোগীনি।

চাওবা—নত্তে নুপামচা ঐখোয়দি ভাব তাব জাৎ নত্তে করি থে ক্লংগে! য়াম্না থঙনিংলে, অমুক্তদি তাহল্লু।

রনজিৎ—মালিকা, অবাপ্পদা অমমবা অহিংদা লমুক্লরবা লম্বী চৎপ-শিংনা কোয়ম্বাওনরবদা, পিক্লবা, শেপাযরবা থাংপোকী নিংথায়-রবা ফকলাংদগী লিংথোবক্লুনা উবা য়রব, মঙাল অত্থ কযাদ ময়েক লাখ্রবা। মঙাল অত্থ কনাগীসু নত্তে, ঐগী মরূপ বীরেনগীনি খুড়ো।

চাওবা—হায়বদি।

রনজিৎ—হায়বদি Gauhati University গী B A দা First তারে। মঙাল অত্থ অসিনি।

াওবা—বীরেননা মীপুম খুদিংগী মকোক পোংথমা লাক্লবা। মানি ঙসি ঐখোয়গী ওন্থোক্লা হুংঙাইরবা থুমিংনি। অসিগুম্বা থুমিং অসিদা বীরেন নঙত্তগা য়াওরমলবদি খুডাগী কয়াদা হুংঙাইগদবা অমদি নচনত্তপীগী মপুক্লিং কয়াদা লুমগদনা ... ...। অদুবু পুন্নমক ঈশ্বরগী লীলানি। ঈশ্বর মানা শিনবা থুজিল থোরাংনি।

নজিং মানি খুড়া। অদুবু মালিকগী হুংঙাইরবা থুমিং অসিদা কল্লক পেনগদবদি কজ্রবী মমা মচাগী মমাংদা বীরেননা নোক খেনা লেনবতুবু পাংলম্বনি অদুবু ঈশ্বরনা তম্লমম্রে। চংলু মালিকা ঙসিগী হুংঙাইরবা থুমিং অসিদ নঙনা থৌনিংবত্তা তৌ।

াওবা—অদুম মীদি কেয়া থক মাঙবা থৌনাদ বনজিং। মথা তারকপা পুন্সিদা কয়ি থোরকপ হায়দত্তু খঙগদবা কুইত্রবন যত্রগা মীগী হৃদাক লৈতে হায়বদুনি কন্নবা মমা মচাগী পুন্সি থজিক্কা মন্নাদবনি অমাবা ঈপাক্ত ঈবাক্লগদবা। ঙাইবদা কনসি। থুপীমচা, নঙগী কবিগুু অরংপা লৈতে।

ালিকা—পাও অসি তামোদি কংলমলগদ্রা ?

নজিং মানা হায়দুনম তারম্লগনি। জেলারনা লুনা চানা তৌবা মরম্মা ঐনা শক্লি ঙসি মহাক্কী পুন্সদা ওন্থোক্লা হুংঙাইরবা থুমিং অমনি হায়বসি। অদুবু অরাবদি হুংঙাইরবা থুমিং অসিদা নঙগা মাপা উন্নবা কংক্রিবা অসিনিনে থুপীমচা।

ালিকা—তামো (তপ্পা তপ্পা ইমু দা চংখি)

ওবা—থুপীমচা কবিগী থুংনাংলি। নঙগীদমক ঐখোয় খুবাম লৈরবাসদি। "সত্যমেব জয়তে।" ঈশ্বর লৈতবা নত্তেদনা, অচুম্বনা জয় ওইরে।

রনজিৎ—মানি, ঈশ্বর লৈতবা নত্তে। মকম খুদিং লৈবা ঈশ্বরনা মঙাকপু খোঙাংলগী নিংঙেংনা য়েংবিরসু। থুড়া অচা অথক খঙ্গদং......। (ঈমুংদা মরি মরি চংখি)

"মৈ মুংপা।"

# অতুমশুবা শরুক

## ( ১ )

নলীনিগী লায়েংশঙ　　　　　　　　　　িক্লনা অহিং।

(পুং ১১মুক তারকপা মতম। লম্বী ময়াদা ওইনবসু মী পোং চংনম্রবনিনা ইচিক চিকই। নলীনি তুমদ্রে। বীরেনগী সেবা তৌত্নবা অশোয় অত্থাম য়েংশিনলুবদগী পোপ্পানদা মরু ইরি। বীরেননা হিপলিব কমুং অতুগী মনাক্তা লৈবিবা টেবল মচা অতুগী মথক্তা তিদাক লাংথক থরম্ম লৈ। বীরেন নিংথিনা পে খাবি। নলীনি মত্তোমত্ত অত্তাওনৌগুম মুক্রম মুকম শোলি)

নলীনি—হে ঈশ্বর। তোল্লবী ঐগী করিসু ইরাল লৈতে. মতম অংদদি ঐ ওশেংনা মাবু মশক খঙদে। মরাল লৈরিব্দি পাবুংনি। ঐদি অয়াম্বা মতমদা পাবুংগী য়াথংদা ইন্দুনা লাকচবীনি। সমাজনা ঐঙোন্দা পাওথাকপিরমই মহুদি "নহাক্কী লুহোংগদৌরিবা নিপা অতুদি তুপী লৈরবনি।" অয়াম্বদি মমা অতেংবাগী থুজল থৌরাং! অতুদা ঐনসু অসুম কিনা হায়রখি

"নুংশীগী পুন্সিগী শান্নপোৎলা, ঐগাক লুহোংব শুকঞ্চ ঙমলোই, নুপী ঐৈবা নিপাগা ঐদি লৈমিন্নবা ঙমজরোই।" পাবু নন্থু ঐগী ইত্তেং পাংশনখি। অদুগা তৌজিক্কা করি? মরাল লৈজব্রবা, করিস্থু খঙজব্রবা মহাক অদুমা কমদৌনা মপুঙ্গি লেনখিবা? পুন্নমক অসি ঐ অমদি পাবুংনা থোকহনবা......। হুং মসস্থু ওইখোক্কে ঐনা মঙোন্দা তশেংবা রাগী অছু লিহুনা ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু হাযজখিগনি মহুদা মহাক্কা ঙাংজব্রবদি..? ঙাংজব্রবদি বীরেন মী নত্তে, মীনুংশি পকব্রবা মীওংপনি। ঐ শোয়দনা হায়-জগনি (বীরেননা য়াওনলকপা তাডুনা মশাই লৈথোকপা) ও! ঐনা লাঙবদা মহাক তুম্বা য়াত্রে। ঐনা ল ম্লে.... ঐ কব্রবীনি...।

(বীরেন রাক্ত মমি শামি ওট তাহৌবা, যাম্না তপ্না মমায় লৈথো-রকপ, নলীনিবু মালিকানি থন্দুনা।

বীরেন—নুংশীমচা। মালিকা। নহাক মকম অসিদদি কমদৌনা! থেংলবা মচিক মীবাওখোল তাব্রবা অতিং আসদা নত্তোমতা কমদৌনা, নত্তে নঙনা খুমঙ্গিববু কনিশ্নীনো? ইবুংবু রাম্মোরিব্রা? কব্রবস্থু সমাজনা লাম্না লৌজব্রবস্থু, ইবুংদ হয়ানবা নত্তে, ঙসি ফাওবদা নঙগী নবুংত্থু ওইবনে। নঙস্থু ঐবু লাম্না লৌগন্থু। ঐ কনাগতম্ন মপোং লাকউদে। মীনম্বনি মীনম্বা সমাজনা ঐবু মীনম্বনি। ঐ হুংনদে। বীরেননা কনাগী মপোং হুরানলগমনি, লাকলমগনি হায়বাস মীপুম খুদিংনা থাজনরবা। হায়বু মালিকা নহাক মকম অসিদা কিরিগীদমক? নাকে নলজঙ নসু নঙবু লৈহননিংলদুনা তান্থোবব্রত্রনে। হায়যুনে মালিক।?

নলীনি- (যাম্মী তপ্না) ঐহাক......।

বীরেন—নহাক করি ..? হায়য়ু নহাক করি ? হয়া য়েংবদা কনা লৈত্রবী ঐগী ইচনবু মরূপ কাওবনা ভাম্বোকক্লগা ! কয়াদা থিনা ভয়্রমগ্রবা ঐগী লাইবক। মরূপ মপাং কাওবনা থুংশিবিত্রবা ?

নলীনি—রাখল অদু লাক্লে।

বীরেন—ঐনা লাক্লবা…। অদুদি হায়য়ু নঙ নতোমতা ঐবু উননিংবনা খাঙবা ঙমদত্রবা লোম্ন' চেলকপা ০ত্র ? মানি মচননা মবুংবু থুংশিদবা হৌনদে। মালিকা ইবুংনা লাক্লে।

নলীনি—ঐহাক মালিকা নংদে রাকম অদু ওয়রে।

বীরেন—মালিকা নত্রবা। অদুদি কনানো ? থেংনব' মতমসিদা, চিক্লবা কা অসিদা নথস্তা। করিগীনো নঙনা ঐগী পুন্সিবু লোনম-লিবা ? হায়য়ু নহাক কনানো ?

নলীনি—(য়াম্না ৱপ্না) ঐহাক ইরাল লৈরবী মীশক অমনি। থেংনবা অহিং অসিদ', চিক্লব কা অসিদা ইরাল ভাকপিয়ু হায়জগে লাকলিবনি। (বীরেন্না কোয়না য়েংই ইঙক ঙংপ ফাওই।

বীরেন—ঐবু মঙলা ভাইবংলা ?

নলীনি—মঙ নত্তে ; ভাইবংনি।

বীরেন—ভাইবং !

নলীনি—মানি ভাইবংনি। নহগী ভাইবংদ ঐবু মঙকাওনহনগে থনলকপা কুইরবনি ঙসিত নত্তে।

বীরেন—ঐহাক ভাব ভাগা ঙমত্রে ; হায়য়ু নহাক কনানো : ঐনা থনলিবা অসি অচুম্বরা ? শেঙনা হায়য়ু ঐবু লোনমগনু।

নলীনি—হৌঐরবা পুন্সিদগী এনা নঙবু লৌনমলকলি অহূবু ঙ'সদি লৌনমগে লাকপা মংহল্লে। অঙ্গদি অদোম ঐবুদি কনানি খনবিবগে? (বীরেন্দ মূন্না য়েংই)

বীরেন—নত্তে, অদোমবু মমংঙৈগী ডাক্তর......।

নলীনি—মানি। অদোমন থুদোংথিবা কয়াদগী খনবিরক্লবা, অদোমগী রাখলদন হিংজিবী বনিস্ত লৈত্রবী, ডাক্তর অহূ'ন।

বীরেন—মফম অসিদদি করিগী?

নলীনি—অদোমগী সেবা তৌনা।

বীরেন—সেবা! করিস্তু লৈত্রবা মীবু সেবা। হায়য়ু ডাক্তর সাহেব, এনা লৈরিবা মফমসি কদায়দনো? ঐ ভাব তাবা ঙমজদ্রে। লমগা এড়োন্দা থোকখৎসিনা করদনো?

নলীনি—ঐহাক্কী য়ুমগী লাইশেংকঙনি। মিডল কংলিজকতবা অহূদা...।

বীরেন—য়ুমগী লাইসেংকঙ! ঐন. য়ুম অসিদা লৈরবা হৌনং কয়ানি লুৎবা?

নলীনি—হৌজিক চিংনবত্তু কোকলেঙনা। হুমিৎ মঙান ফারে। নহাননথৈদি জ্ঞান তারমদে ঙায়ফেৎ নোৎই)

বীরেন—নত্তে, রাখল অহূ লরে. ঐ হৌজিকসুক মফম অসি থাদোকদুনা চৎপ্রগান। সমাজন তুক্কচনরবা, উবদা লৈদোক্রবা ঐবু কবিগীদমক য়োকখৎলিরিবা (হৌগৎলকপা, চংকে তোবা)

নলীনি—(মথুং পায়দুনা থাম্বা) বীরেন।

বীরেন—ঐবু খামগন্নু; ঐ হুবানবনি, ঐ ডাকুনি, ঐ মত্রেমা মীনি ঐবু খমগন্নু। ঐ লমন শিংগনি। ঐস্তু মীনি। ডাক্তর সাহেব ঐবু ঙাকলিগনি, ঐবু থাদোকলিয়ু। মরাইদক

থিরবী, মতম বুইনা উবা কংজক্রবী ঐগীদমক শনবদা চাবা থকপা চংজক্রবী ইচনবী মনাক্তা . ...। নক্তে ঐবু থাম বরগনু। উম্রনিংবনা থম্মোয় অসি কায়গদৌরে। ঐগী ইচনহু বানা থাজ-লমগনি ঐবু ঙাইবদা।

নলীনি—বীরেন, থেংলবা অহিং অসিদা নত্রবনি। শোয়দনা চৎকনি, ঐহু নত্তগা লোয়ননা হয়েংমক। ঙসিদি থেংলে মহাক পোথাবো নশা অহু যান্না চোকৎবনি। অথেংবসিদা নত্তে মতঃ করম চৎকনি। নহাক ঐনা হাযজবা অসিদা হাবিয়ু।

বীরেন—ঐবু থাজবিয়ু ; ঐবু পুংথাম অমগী মতংদাদ শিনবিয়ু। ডাক্তর সাহেব, ঐ চৎলে। মাপিক হবুং লক্লে। ( চেন্তোকনি, নলীনিনা থাম্বা ঙনদহনা লৈহৌই, মড়াদা পুং ১১ য়িরকলে।

নলীনি—থেংলবা অসিদা মত্তোমত্তা। (থোং লোনাশিনলগা ফুরথদা য়াদহনা বাঙল গন্দুনা কায়ুংদা লোংনা শিংদুনা লৈ)

মিনিট ১০ মুক চৎকরে। রাবৈগা মহেন্দ্রগা অমম্ শোঙদুনা থাং অমম্ পাহদুনা লাকই। ওপ্পা ওপ্পা খুনিং কং কাংদুনা চাপক্লগা থোং নহই। নলীনি ঙংয়েংলে উত্তানা উত্তায় তৌবনা তাদে। উপায় লৈত্রদনা মহেন্দ্রনা থোংদা পুংনা তোক তোক থিনখি। নলীনি বীরেন এইরমগদবোই নিংদুনা খজিকং কুংগাইবা কাওই। অদুবু থোং পাকতি হাংদে। অমুকপু তোক তোক থিনলুকই।

নলীনি—কনা ওইরবনো ?

রাবৈ—(মথোন ওন্দুনা) ঐনি। ডাক্তর সাহেব লোং অমুক্তা হাং-দোকলিয়ু। লম্বীদা চাকুনা...... । ঐবু থাজবিয়ু। ঐবু কনবিয়ু।

মুন্মুনা মীবু ওং নৈরিবা মখোয়শিং অছুবু কোয়থি থিয়ীবা নিপা অছু ঐনি। ঐনা পামই, নত্তবা খুজিল থৌরাংনা মীওইববু মাঙ তাকুবা শিল্লিবা মখোয়গী ঈ।

মহেন্দ্র—ঈ··· !

বীরেন—মানি ঐ ঈ থিবা মীনি। নপুক্নি অছু হিংনিংলবদি হৌজিক-মক নমাঙদা লেপলিবা ঙুপীমচা অহুদা লানজগ্রে হায়মা

রাবৈ—ঙুপী অ'সদা খুরুমবা!

বীরেন—মানি খুকমগদবনি। নত্রবদি নথয়াই অছু খুদক্তা মাঙবা তারবনি। করিগী চিংনরি। হৌজিকমক খুরমউ নত্রবদি কাপ্পুনা তাংপা তারে। (পিস্তল চিংব)

(রাবৈগা মহেন্দ্রগনা নলীনিদা খুরুম্বা; নলীনি হন্দোকপা) ঐনা হায়রিবসিনি করিগুম্বদ, মতুংদা অসিগুম্বা থবক অমা অমুক তোয়ক্লবদি থেংনবা খুদক্তা নথয়াই অছুমক থারগদবনি। 'ঙুপীগী পুন্সিবু নখোয়গী শাগ্রপোংদা।' চৎখ্রো চৎলু নশক্ক য়েংনিংদে। (নলীনি মশক লোৎতুনা লৈরিবা বীরেন্দ্রা মুন্না ক্লুংবা, রাবৈগা মহেন্দ্রগা কিকপ কিকপ য়েংলমলগা হৌদুনা চেনখিবা) করিসু লৈত্রব। মখোয়নসু ··· ··· ···। ঐবু ইশক থঙদবা শারি। মখোয়না খল্লি, ঙুপী হায়বসিদি লোক্লবানি, শাগ্র-পোৎকুম্বনি মখোয়না শিজিননিংবা মতমদা .....। মখোয়গুম্বা রাখল লাগ্না খনবশিংদগী কল্লনবা ঐ লৈ। ঙুপীমচা করিমত্তা চিংনগনু।

নলীনি—পূকচেল চাওব্রবা মহাক কনানো ? মহাকী পোক্তাল্মক নংলময়ত্রবদি ঐগী পুন্সি অসি মাংবা ত্তাব্রমলবনি। মুপীগী পুন্সিবু অছুক চেকশিনবা ত্তাকলিবা মহাকপু কনানো অমুক্তা ত্তাকপিয়ু।

বীরেন—( নোক্না ) ঐ কনাগু নত্তে। অরাব ত্তাববশিংগী মতেং পাংনবগীদমক শক লোত্তুনা কোয়না চংপা তোল্লবা নিপা অমনি।

নলীনি—তোল্লব নিপা!

বীরেন—মানি ঐ তোল্লবা নিপানি।

নলীনি—কমদোনা ?

বীরেন—মপা মমা লৈত্রব মীওইশিংসি ঐত্তোন্দদি তোল্লবনি। মরমদি তোল্লবা পুন্সি অসিগীদমক ঐবু মুপীমচা অমনা থিনা হায়খ্রনা ইকায়বা পিথি। মহাক ঐগীদমক হায়নবা মুপীনি। অদুবু পাবুং শিত্রবা মতুংদদি ঐবু নত্তবা হাইনা ইকায়বা পিরকথি।

নলীনি—হাইশিং অদুদি নিংশিংলিনা ?

বীরেন—নিংশিংলি।

নলীনি—অমুক্তং তাক্তবা য়াগদ্রা ? (য়ান্না নিংনরক্তনা)

বীরেন—য়াগনি। মহাকী হাইস্তু অসিমকনি "মুপীগী পুন্সিবু পাল্লোংহল্লো ?" মথংদ নিংশিংবা থোক্তরু।

নলীনি—মুপীমচা অদুদি তৌজিক লৈব্রা ?

বীরেন—লৈতপা যাই অদুবু ঐনদি খঙদ্রে। মরম অসিদগী ঐনা মুপীগী পুন্সিবু অমুককী মতিক অর্থ লৈনা থনলিংনি। মহাক

অচু, ঐনা খল্লি মতেক চাবা কনাগুম্বগী মতিক চারবী লোয়নবী অমা।

নলীনি—মহাক্কী লৈফমদি নিংশিংখিরিদনা ?

বীরেন—নিংশিংলি। নাগমপালদগীনি।

নলীনি—নাগমপালদগী ! অচুদি নহাক বীরেন...... ? (চিংনবা)

বীরেন—মানি ঐ বীরেননি ( মকোয় লোথোকপা )

নলীনি—বীরেন নহাক ঐবু ঙাকউ। ফজরবী নুপী অচু ঐহাকনি।

বীরেন—নুপী অচু... ...।

নলীনি—মানি ঐহাকনি। নরাল লৈত্রবা নত কপু মীয়া খাজকবদগী ঐনা লায়া লৌখি। মরম অচুদগী ঐনা নঙগী নকমদা অচুগুম্বা রাইহে শিজিন্নখিবনি। নহাক ঐবু ঙাকউ।

বীরেন—অচুদি ঐনা নঙবু অমুক ঙংলরোহ (চংকে তৌবা, নলীনিনা খাম্বা) ঐবু খামগনু, ঐহাক ... ( মখা তাখিদনা চপ লেপ্লা, রান্থখিবা )

নলীনি—(চেনশিন্দুনা লোনখৎপা, লায়কন্নবা) ঐ দ মাংজক্লেদনা।

"মৈ মুৎপা"

---

## ৩।২

মথঙগী অয়ুক পুং ১২ মুক তারকপা

রাজেনগী যুম।

( মী লাক্লগা কম্লনবা Common Room. রাজেন চিঠি লম্বা পাহুনা লৈ। মাঠা শাবগী মঙংসু মালি )

চিঠিগী মরোল

Inspector সাহেব,

উচি মচা চাউনবা য়েংক্রপা য়োকপিবা মুনিবু হাংকে তৌথিবা নিংশিংউ। অদোমগী বুমদা য়োকখংদুনা থমলিবা নিপাদু ইদা অনুক হনজিনহনবনা ঐ। অদোমনা মহাকপু মশক খঙ্গদবনি। হায়দোক্পদা কজবা বাকমদি নত্রে অদুবু হায়-দোকক্লোদবদি য়ত্রে। অদোমগী অমতা তাইজরবী তুপীমচাগী (ডাক্তর) পুন্সিবু মতাক্লা নমজা হজানদুনা মাঙহনগে থোরাংলবনি। ঐকপিয়া হায়বদি ফজদবনিনা ঐহাক মসিরাক্দা লোইশিনলগে। থরক চেকশিনবিয়ু। অদোমগী ইজং অমদি তুপীমচাগীদমক য়েংদুনা ঐন পাও অসি লোয়া খঙ্গনখিবনি।

রাজেন—রাকম অসিনু অচুম্বা ওইরিগদ্রনে করম্বা মীওইবনা থারক-লিবা। Address য়াওদবা চিঠি। করম্বা মওংদগী যাম্না মাংনা শেমদুনা থানকলিত্রা? নহাগনা . ... (খনকম খঙ্গলক্তুনা গোপেনবু য়েংবা, চিঠিদু লাইরিক মনুংদা য়েপশিনবা)

গোপেন—কাঁয় তৌকাপগদবা Sir.

রাজেন—ফম্মুনে। নঙগা অরুবা রাকন অমা তাম্নগে কৌরিবনি। নঙনা যুমদিদা লম্না লৈবা হায়বদু থোকই। নঙ্গে তুপীমচা অসিবু চৌজিক করম তৌবিবগে। হায়বদি শম্না হায়রগা বীরেনগা মহাকা হোৎজক কদি মাব লৈতৈ, নহাক খঙ লাকত্রা?

গোপেন—Sir, থোইদোকপদি খঙজদে।

রাজেন—অদুদি নঙনা খঙজবা থরছুদি করিনো!

গোপেন—হোই, বীরেন লাকচৈদগী মহাক হায়রগা মায়ক্তে বীরেনবু মহাক্কা য়ায়া মুংশিজৈ হায়বসি চাওরাক্কা মাপী য়াঙাং শাঙাং মিংয়েং নায়েং অমাদ ফিত্তমদগীসু ... ...।

রাজেন—হায়বদি মহাক বীরেনগা লোয়নবা পামি অসি নত্রবে।

গোপেন—অহোই, মতু ওইবা তাই। করিনা হায়ববু নলীনিনা অয়াম্বা মতমদা মহাক্কা অচিকপদা, লৈকোন্দা কোয়ড়ুনা য়ারী য়াতাই শায়ড়ুনা মতম লেনমিননিংবা, দেবতা মন্দির কয়াদা চৎতুনা লাঈ খুরুমমিয়নিংবনচিংবা কয়া।

রাজেন—বীরেনদি য়ারিনিনে ( চিংনরপ তৌনা )।

গোপেন—হায়দোকপদা খয় লুনা থোকই।

রাজেন—কমদৌনা ?

গোপেন—বীরেনদি মীওং অমানি। হায়বদি মহাক অয়াম্বা মতমদা অত্তাওবা মীত্তম মথয়া অচিকপদা য়াখল তৌড়ুনা লৈনিংবগী মওং মালি। করিগুম্বদসু কজঞবা, তাবদা পুক্লিং শুমচৎপা য়াহৈ ১/২ কাংথোরক্লুনা নলীনিবু মত্রনা ফাখবা মীওম ভুকথহনলি। করিগুম্বা কান্দসু তাবদা য়ারবা, য়াহৈ অমা অনিনা খঙশাও শাওনিংবসু পোকহনলি। Sir, বীরেনগী মওংসি চপ চানা হায়রবা ওমদে।

রাজেন—মহাক্কা তুপীমচাগী হায়রবা খুদিং য়ানিংদবা কোংদোকলিবনা করিগীনো ?

গোপেন—য়ানিংদবদি নত্তে। অহৃদা মীবা করি হায়নখিদগে খনবদগী তুপীমচাগী মনিং থুংহনদবা ওইবা তাই। তশেংবদি খত্তরে। ঐগী য়াখলনি Sir।

রাজেন—থওদে; ঐনা মথা চৎথগদবসি করিনো ?

গোপেন—করি চৎথবিগদৌরিবনোনে Sir, বীরেন পংফৎ কত্তবা মীদি নত্তে।

রাজেন—অহূবুদি ঐনু থত্তইনে। অদুদা … …। কান্নদে, কোম্বা কোম্বা মত্তাং মতাংগী হায়ত্তুনি। নত্তে, নত্তনু থবক ইনথাং নৈত্রবদি ত্তাইহাক চৎথোকউসিদনা।

গোপেন—কনি।

( রাজেন, গোপেন থোকখি। ত্তাইহাক কান্নবদা মতুংদা বীরেন চংলকই, টেবল মথক্তা তাদিবা লাইরিক অমু ফাজোক্তুনা য়েংই। লাইরিক মনুংদা চিঠি অমা থাপ্তরম্বা থেংনৈ, পাঞ্জুনা য়েংই। অত্তকপা পোকই )

বীরেন—কদাযদগী কনানা থাবকপা 'চিঠি। Adress য়াওদবা চিঠি। হৌজিক কাওবদা ঐবু মাত্তনবা শিনবা মী য়াওরিবা। অশেম্বা চিঠি অসিনা Inspector বু চিংনবা পোকহনলবা। ঐত্তোম্বা নওবগী মমি অমা তাহনলবা। অতুদি ঐ য়ুম অসিদা অসুমক নৈথখিগদ্রা ? নৈথররোই ঐ নিপানি। য়ুম অসি থাদোক্তুনা চসিমক চৎকনি।' পুম্নমক ইমাত্তোনগী খুজিল থোরাংনি শোয়দে। (চিঠি অমা পরপ ২ ইরগা য়েপাশিনলমই অতুগা পুনা য়াংনা থোকখি )

চিঠিগী মরোল :—

Inspector সাহেব,

ঐ চসিদগী য়ুম অসি থাদোকচববনি। Inspector গী চিংনবা কোকনবগীদমক কমদি নত্তীনিগী পুন্সিদা অমকপা পক-

হনগদৌরিবা মীশক অমু মশক তাকলনবগীদমক ঐগী থৌদাং পাংখোকপা চৎচরবনি। অমুগা ঐবু লাম্নদি লৌবিগন্ত ঐ শা-মক্তি নৎচদে। অশেম্বা চিঠি অসিনা মরম ওইদুনা কোক শাবা অমু গুসিদগী কোকহনজরবনি। মতাং চাবা কান্দা লমন শিংজরখিগে।

বীরেন সিংহ।

( ডাক্তাক ক'ম্মরবা মতুংদা নর্সিনি চংলকপা। কেন থাদুনা হাকচিক লাংবা। থদুহৌদনা খোঞ্জেল অমা ভাখি "মরাইবক থিরবী মুপীমচা! কনবিয়ু, মহাকপু কন'বয়ু" খুনা য়াংনা চেম্ত্রোরকপা। রনজিৎনা মালিকাবু শৌদুনা পুশিনলকপা )

রনজিৎ—ডাক্তর সাহেব, পম্বা তৌদনা মরাইবক থিরবী মুপীমচা অসিগী মথক্সায় অমুক্তদি কনবিয়ু। ডাক্তাক চোম্বখৎদি মহাক শোয়দনা অশিবগী খবাম্ত্রা তাশিবা তারে।

মালিকা—( খোঞ্জেল নিক্না যাম্না রাম্না ) তামো, মক্কম অসিদনি ঐগী ইবুংবু, মরাল লৈজত্রবা মহাকপু কনামতনা কনবিখিদবা … …। ঐ নিংশিংলি … … ঐগী ইবুং হুরানবা নত্তে। ঐবু মফম অসিদা পন্থন্দুনা খঙ্গীবগী মতম্তা মরাইবক থিরবা ঐগী ইবুংগী মনাক্তা পুবিয়ু। ঐহাক মহাক্তা অমুক্তা ওইরবস্ত উম্নজগে। অরোইবা পুংতা অসিদা কুইনা উরুত্রবা ইবুংগী মাইথোঙ অমু অমুক্তদি পেম্নবা য়েংজহৌগে। ডাক্তর সাহেব ..! ঐবু কনবিয়ু, খমোরসি চাক্লে … অমুক্তদি মৈচাকসি কোকপিয়ু। তামো … তামো … তামো …।

( খঙহৌদনা হাম্বখিবা, নলীনি, রনজিৎ চংতুন' ভম্বমথৈ লাকুব', লায়ু'শঙদা পুন্শিনবা )

রনজিৎ— ( তৌঙম খঙদনা ) মালিকা ! মালিকা! অমুক্তমি থুমলকউ কৈদোংগে । হৌজিক্তা র ভাংলম্বা অদুগা ... ... । মরূপ নহাক কদায়দা চংখ্রে । হোংলৌরবে পেম্মনবা নচনগুপীসী নিংথিরবা শরুমাস, অরোইবা পুংজা অসিদা । ডাক্তর সাহেব, মালিকা অমুক কোবদ থুমলকলবোই, নত্রা ।

( নলীনি, রামচেৎ অমত্তা ভাংদন' ভম্বমথৈ হোৎনদুনা মালিকাবু ক্যাংলকনবা হোৎনরি । খুদকাসদা বীরেন চেনশিনলকই )

বীরেন— কনাগী অরোইবা পুংজা ! মালিকা ! নহাক্না তৌবারসি করিনো ? নিত্তি থুদিং নবুংবু খৌরাংনা ভাগবদো ভসিদি নবুং লাক্লে । করিগী নিংভাইদনা কৈথোকাল, তৌগৎলো, চৎসিনে মহাক্না করিগীনো অদুক চিংনরিলগো নঙগীদনক ইবুং কৈরিনে । স্নেংউ কয়াদা নিংথিজগ্রবা লিকলু পবেংনো ( লিকলু পুথোকপা, রনজিৎ, নলীনি অত্তুকপা পোকপা ) নঙগীদমক ইবুংনা মতম চারগা শিতনগে হায়না লিক্তনা থমলুববা ইমানা ঐঙোন্দা শিন্নরম্বা নঙগী লিকলু পবেং । মালিকা লৌনে, লিক অসি লৌনে । অমুক্তা কৌরকউনে নবুংবু মমাংকৈগুম মেঙলবা খোঙ্গেল অঙুনা ভাখো হায়না ।

মালিকা—( জ্ঞান লাকপ', রায় হানা ভাংথোরকপা ) তামো, নহাক লাক্লে ; ভসি অরোয়বা পুংজা অসিদা নঙনবু থিবিরক্লি । ইমা । পলেম অপোকপী মতম কুইনা লোংলুরবী ইমা ! ভসিদি নচাবু লোথা লাক্লিবা । শোয়দনা নতুং ইনক্লগনি ইমা । নচাবুসু

মকমতুদা পুবিযু। তামো লিকলু ... ... ইমানা ডাইরে ( মখুৎ তিংথোরকপা, বীরেননা লিকলু পিবা ) তামো রনজিৎ নচনবু য়ারোবিগদবু, লাইবক খিনা তম্নবা পুন্সিগী অনিংবা থুংহনলমদ্রে। ডাক্তর সাহেব! ঐগী ইবুং হরানবা নত্তে, মীনম্বনি, পুম্নমক ইমাতেংনগী থুজিল থোরাং ... ...। হু...হু। তামো হু...। তামো নচনবু বিদায় পিবিরো, যাম্না য়ারে, ইমা! নচাবু ডাইরমখো ... ...। ( লেকথখিবা বীরেন চেন'শন্দুনা কোনখৎপা, কপ্পা, রনজিৎ, নলীনি জ্ঞান তাদনা মমিৎতগী মপি খওয়দনা চেম্থরকপা; অহাওবশুম চপ লেপ্তুনা য়েংব )।

বীরেন—মালিকা। নহাক নবুবু হন্দোকতুনা চৎলবা, ওৎপা নৈবয় য়েংবদা য়ারম্নুনা হমানা পুগ্রব। ইমা! নচাবুসু লৌশিনবিরো ?

নলীনি—( নিংবা কায়না ) মালিকা, মতম থরদংদা ওইরবসু পুন্সি লেনমিন্নৌ তমলমদ্রবে ই বিধিনা ...।

রনজিৎ—ঐগী পুন্সন লমন তোলেদো মালিকা মসিগীদমক নঙনা ঐবু ডাকপিযু।

বীরেন—মালিকা, নহাক নৈত্রবদ ঐগী পুন্সিসু অর্থ নৈত্রবগুম্বনি। ঐনা নঙগীদমক শাগৎলম্বা আশা পুম্ব হসিনহৌদি অরেম্বা ওইরেদনা। হু। হু। চানবা পোৎতা হু। মমা অমগী মুংশি থুদোল। হু! মালিকা ইবুংগী হবেম্মা মুংডাইবা শরুক কংজত্রবী শারবা থাম্বী মৈরক্কা য়ানা লেনজররুবী নমান্নবী নৈরাং অতৈগুম মপুং ফানা নিংতম্না নৈশাং তমজররুবী

মালিকা ওসিদি কল্লক মীচৌ চাওরবা তাইবং লৈকোলসি থাদোকলমলেদো।

( তাঙ্গাসিদা সখী চংলকই ; সখীবু উবদা অশাওবগা লোয়ননা বীরেননা মখা শমথরকই )। কত্রবী মুপী, মচুপুবী লীল অমোম, ঐবুত্তা নত্তুনা করিসু খওজত্রবী মুপীমচা অসি কাওবা নঙগী থৌরাংনা মাঙহনলবা। কৎাদা কনগ্রবা থম্মোয় ...।

সখী—( ইখঙ খঙদবা মওংদা ) করিনোনে বীরেন নঙনা হায়রিবহুবো ইমাদি ভাব তাবা ঙমদ্রে,

বীরেন—"ইমাদি ভাব তাবা ঙমদ্রে" নহাকপু মফম অসিদা থেংনদনা অতোপ্পা মফম অমদা থেংনরম্বা থোক্লবদি চপ চাবা পাওখুম পিচুনা নহাকপু ভাব তাহনদমৃগদবনি অচুবু ... ...।

সখী—ঐঙোন্দা মচুম খনকম লোক্কে, খনগদবদি নঙগী মরুপতনি ইবুংঙো! ঐদি মাগসু লৈমিন্নজদেনা। অচুগী হায়করবদি ইমাদি গুকখঙ হেক খঙদে!

রনজিৎ—করি চিন্থিবী ?

বীরেন—নঙগা লৈমিন্নদবহুননি ঐনা নহাকপু চিংনরিবা নহাক্কা তোনিংবা তৌরকলো চৌকিক্কি বীরেনগী পুন্সি অর্থ লৈত্রে। ইচনমুপীগী লমনদীদমক বীরেননা শেম শারে হায়দুনা নহাক মতম পুম্বদা নিংশিংউ।

সখী—ঐহাক গুকখঙ খঙদে নচনমুপীদা থোকলিবা থৌদোক অসিগী মরমদা। ঐদি চুম্না চাকৌবদনি।

বীরেন—খঙগদবা কুইত্রে ইমাতোন, ঐনা কেকু ফোংগনি। অচুপ ইচনমুপীবু অমদি ঐবু মাঙননবা শীল্লিবা নিপা নত্রগা মুপী

ওইনিংবা অমা ওইজরনসনু ; লাইগু ওইরমসনু, মহাক্তী ঈম' ইচনগী মোংফমদা রাই তৈত্তুবা লমন শিংবা শরুগে … …। মসি ঐগী রাশকনি ইমাতোন।

সখী—বীরেন।

বীরেন—ইমাত্তোন্ অচুম্বা মীদি করিস্ম চিংনমিঙাই লৈত্তেনা অসিনসু ঐগী অপেনবা ওইরোই। সমাজগী মাঙনবা শিনলিবা মীগী মাঙনবা হোৎনবদা কিবা লৈত্রবা মখোয় অতুগী মখোঙ মথুৎ ককতুনা সমাজদা রৈখায় খিন্নায় থোকত্তনবা, শান্তি লৈবা, মরা চেৎনা পানবা য়াননবগীদমক মীশা পাম্বা দেবতাশিংদা পূজা কৎথোককে। ইমাত্তোন নঙসু পূজা অত্থ য়াওনিংত্রা ?

সখী—কান্নগদবা ওইরগদি য়াওবসু ময়াই।

নলিনী—কান্নগদবদা য়েংত্তুনা লৈরবা ……। নহাক মমা অমনি, মতুমক মমা অমগী লমচৎনি। ঐসু নঙগী নিংথিরবা লমচৎ শাজৎতু খর ত্তমজগেদনা ?

সখী—করিনোনে ডাক্তর। ভাব ভাবপো'নত্রে, ঐ চৎলে। (থোকখি)

রনজিৎ—চৎখিবদা কনামসু খামবিনবা লৈরোই।

বীরেন—ইমাত্তোন নচাসুপী লৈত্রবনিনা নমা নচা ত্তা থোংন্না চারুরো।

রনজিৎ—বীরেন পম্বত্তুনা কান্নদে। ঐথোয়না চৎখগদবা থবক য়াম্না রাংদি।

বীরেন—চুম্মিন', ঐ ভাব অমা তোরুরে। ডাক্তর সাহেব, রারো-বিবা য়াদে, করিসু লৈত্তবা লাইররবা ইচিন ইপোনা পংওৎ

ওংলমলে। ঐনা মতাং চাবা কান্দা শি জরখিগদবা লমন অতুগীদমক পু ন্স অতু মতম থরদংদা ওইরবসু রানা খাঙবিরমখো। ৫৩রে।

( মচনতুপীবু পুনো চংখি, বনজিংনা মতুং ইল্লি। ওাইহাক নৈরগা রাজেন, চাওবা মরি মরি চংলকই। চৌকী অমমদা মাইয়োক্‌না ফমই, রাবী রাতাই শাগ্নে )।

চাওবা—ততেংবনি Inspec or সাহেব, পুন্নমক মীনম্বনি, থাজবিরুম্ন।
বীরেন পংফং ফত্তরা অঙাং নত্তে।

রাজেন—অতুনা অদোমগী রানিদনা।

চাওবা—অহবুদি চুশ্নি অহনু শাক্ষী উবুনা তাকলবদি Insperctor না বীরেনবু থর মথৌদা থাজবিগদ্রা ?

রাজেন—সাক্ষী অতু কনানা ওইগ ন ?

চাওবা—ঐহাক থহই Inspector না কমদৌনা বীরেনবু চিংনখি হায়রদু। মবমদি বীরেনগী মাঙননবা ইবা করিগুম্বা চিঠি অমা করিগুম্বদা Inspector না কনাগুম্বদগী ফংখি নত্রা ?

রাজেন—( চিংনবা পোক্না ) অতুক কুপথনা কমদোনা অতুদি চিঠি থাগিবা নিপাত্ত অদোমগা মার নৈনৈ অসি নত্রা ?

চাওবা—নত্তে মহাকতুনি বীরেনগী য়েক্নবা অচৌবা। চিঠি অসি য়েংবিযু চপ মান্নত্রা হায়না অদোমনা ফংখিবা অতুগা ......।

( চিঠি পিশিনবা, ময়েক অমা কাওবা খেন্নদবা )

রাজেন—অতুদি চিঠি অসি নহাক্কীনি।

চাওবা—( নোকুনা ) ঐহাকী ..... । নোকনিংবা রানি Inspector। চিঠি অসি বীরেনগী মনাক্তোনগা রাবৈগনা শেনখিন্নুনা

বীরেনবু মাঙনবা লম্বী খিরকপদা ওইখ্রিবা মীনম্বগী রাহৈ
চরোংনি।

রাজেন—মতুগী মতিক চাবা প্রমাণ?

চাওবা—অসিতা নত্তে Inspector সাহেব। বীরেননা লেঙদা
চংখ্রিবা, হে জিক ওইরকলিবা কিবম পুম্বা মমাত্তোনগী খুজিল···।

রাজেন—ওইরম্বদি যাই অতুবু মতদা হেক থাজবাদ ওমদে। ( খুদকসিদা
রাবৈগী য়োক্চবী মমা কেম্বী থুনা রাংনা চংলকই )

চাওবা—কোম্বী! নঙদি মকমসিদা করিগী?

কোম্বী—অচুম্ববু অবানবনা নমহৎতুনা মাঙশক্তদোরিবা সমাজ অসিদগী
কননবগীদমক।

রাজেন—অচুম্ববু কন্নবগীদমক·········

কোম্বী—মানি থানাগী অচৌবা বাবু। ঐহাক রাবৈগী মমানি।

রাজেন—অচুম্ববু কন্নবগীদমক রাবৈগী মমানা মকম অসি, হা-হা-হা।

কোম্বী—বাবু ঐগী ইচা আসিবু অমুক্তদি ফাঙনা লেপদা থম্বিযু?

রাজেন—মচাবু! করিগীদমক্?

কোম্বী—মরাল লৈজদবা মীবু মাঙনবা শিনবগীদমক। বাবু অচৌবা
বীরেন লাম্দে, হুরানবসু নত্তে। কনানা মহাকপু হুরানবা
শিজিনবিরিবনো বাবুনা খঙদে। নত্রা?

রাজেন—হুরানপোৎ কংখ্রিবত্রুদি?

কোম্বী—মতুদি মীনম্বশি, মীনম্বা।

চাওবা—অচুম্বরা কোম্বী?

কোম্বী—মানি ভাদ। মচাগী মাঙনবা মমানা শিনবা হৌনত্রা বাবু।
অতুবু মরাল লৈজত্রবা বীরেনবু, মমাত্তোনগী বুদ্ধিনা রাবৈনা

লোম্না পোং অহু বীরেন লৈক্লিডৈদা মহাক্কী ফুরিংখাওদা হাপচিনহন্নখি।

রাজেন—মহ্দি নহাক উহৌরা ?

কোম্বী—উহৌদে। অহ্নু রাবৈনা যু ডাওহ্না লাক্লগা ঐডোন্দা তম্নবনি। অহুগা নঙান্না চিঠি অমা ইরমই মহক্সু অকবা মরম নত্তে—বীরেনগী মাগুননবগী থৌরাংনি। চিঠি অহুমক বাবুদা থানবনি হায়বসি ঐনা লোম্না অডাং অমদা পাহনবদা খঙখি।

রাজেন—চিঠি অহুদি য়াওবকপ্রা ?

কোম্বী—য়াওবকই অহুবু ঐডোন্দদি নত্তে। তা চাওবা, চিঠি অদু কৌজিক কাওবা পিদিব্রমক্রি।

রাজেন—অদুদি ওসাইনা উরে। পুম্নক বীরেনগী মাহুননবা শীনবা ওইহল্লবা। অহুদি ঐনা চিংনবাস লাম্লিদনা। কয়াদা ফংখিদ্রবা হুপ্নে, অপোকপা নচা নত্তে খনবনা অসিগুম্বা হৎখল খল্লিবা নত্রদো অসি ওইরেদো পোক্রবী মবা।

চাওবা—মানি Inspector ফংখিদ্রব্রা হুপ্নিনে।

রাজেন—রারৌনবা রাদেদে, খঙদকুনা পাংডাং ডা'নুত্রে।

চাওবা হেবা, করিগী রারৌগদৌরিবা। তান্নদদা কল তবা ফংলিবসি ঐথোয়গী ইরায়বক ফবনি। অহুদি ঐখোয়সু চৌজনবা তৌরগে। কোম্বী চৎসিদনা ?

রাজেন—কনি, ঐসু করি উপাযনা মথোক্ন্ অমুক্তং কনসিগে খঙ্গরম-খিগে, নোংমা শংবা কান্দা মতম অসমক্তদা অমুক্তা লে'থোক-পিরকউ ?

কোম্বী—অদুদি চৎসিনে তাদা থানা বাবু, লম হেন্নবা অতাংদু অমুক্তদি জ্ঞান তাননবা য়ারকপিরকউ থেংনবা মফমদা ... ...ঐ করিস্নু হায়জরোই। চৎসরে। (চাওবা, কোম্বী থোকখি)

রাজেন—অদুদি জস্মুম লৈজগোরে। (তাইহাক লৈরগা চিঠি য়াওবা লাইরিক্কু ফাক্তোকপা, বীরেননা ইরম্বা চিঠি থেংনবা, পাবা অহৌকপা পোকপা। (নালীনি য়াম্না মুংঙাইতনা কপলুবদগী তৌকম থঙদনা কা অসিদ চংলকই। মপা লৈ হায়রবা উদে, মী অমা থোকখি হায়বদি উহৌদে)।

নলিনী—মহাকপু অমুক উররোইদবা? ফজ্রবা মুপী ... ...। করিস্নু থঙজদ্রবী মহাক স সার থাদোকখ্রবা ... ...। কনাগী খুজিল? মুপী ... ...।

রাজেন—(ডক্রা) নহাক্না তাং'সবদু কদ্রিনো? মুপী মচা, নহাক্না তৌরিদরু কারিনো? নমাই নমিৎ ইপোম পোমাল্লবদি কপলুরক্রা নত্রগা নশা হুমদ্রবরা?

নলিনী—ও। পাবুং ইনলকলমলে।

রাজেন—ঐনা হংদিবাসিগী পাওথুম, মুপীমচা করি তৌরবগেনে, ইপা ভাব তাবা ওমদ্রে।

নলিনী—হায়, কপলুরে। করিস্নু মরাল লৈজদ্রবী, মনিং তম্বা কংজখিদ্রবী মহাক অদুগী মল্লুবদা। মীওইবগী মপোক অরাবনি, অরাবগী মৈথু মরক্তা পুন্সিনা কোয়না পাইদুনা শান্নবতনি।

রাজেন—মুপীমচা! মহাক অদুনা কনানো? অদুগা মহাক অদুগী করি দশ?

নলিনী—মহাক অদু কনাস্নু নত্তে, মরাইবক থিরবী হন্না য়েংবদা

কনা নৈত্রবা, কল্লক রেংখি ময়ক্তা বানা পুন্সি চিংজবক্লবা ইচাকথকীদমক ইকায়বা কয়া নঞ্জখ্রবা, ঐবুসু অরাখদগী কয়ারক কনবিপ্রবা বীরেনগী অমতা ভাইজরবী মচনসুপী। মালিকা……
পাবু' মহাক লৈখিদ্রে।

রাজেন-- মহাক লৈখিদ্রে! বীরেনগী মচনসুপী সংসার থাদোকপ্রে।

নলিনী—মহাক অমুক লাকলরোই। মীরা-মীশা থাওবা রারহুনা মপুং ফানা পোত্থাদ্রে।

রাজেন—কমদৌনা অসিগুম্বা দশা কয়া অসি তাথিরবনো হায়রবত সুপীমচা নহাকসু থঙই অহুগা ঐনসু চিংনৈ মহুদি মহাক কনাগুম্বগী থুজিল·····। শোয়দে মমাতোনগী থুজিলনি। ঐ থগুলে, চৌজিক্তা হায়রস্বা বা পুম্বা ইমাংদা মশক নাইবা মত্তি ওইনা অমমম চোংথোরকলে। বীরেন লাম্দে, মহাক হুরানবা নত্তে সুপীমচা কত্রবী সুপী পুম্নমক মহাক্কী থৌরাং। অসি ওইরেকো পেংক্রবী।

নলিনী—মানি মহাক্কী থৌরাংনি। মবুংদা ওং-নৈবতনা পেল্লকত্রভুনা করিসু থঙতপ্রবী সুপীমচা অসি কাওবদা। অনোইবা মিকুপ্তা মহাক্কা লাওরমই "ঐগী ইবুং হুরানবা নত্তে, মীনঙনি" অহুগা অমুক্তা "ঐ য়াম্না বারে, হু! হু! ইমাতোন! ইমানা ঐবু ঙাংহরে।" ইমা নচাবুসু লৌশিনবিরোগবা (মমাবু নিংশিংলকপা)

বাজেন—সুপীমচা। নহাক করিগী চংনরি। ইপা ঙসিদি মিকপ থোকলে। বীরেনগী মরাল করিসু লৈতে। বীরেন চৎখিবা য়ারোই। পুম্নমক ঐগী দায়নি। বারেনগী লমন মতিক চানা থুমগদবনি পুম্নমক যত্রবা মমা মচা অমদি রাবৈ

নলিনী—বীরেন ঐগীনি পাবুং। মহাক্না ঐবু অরাবা করাদা কনবিরনি।
ঐ মাবু থাদোকপা ঙমলোই। ঙরাং অহিংনি মামা ঐবু অরাবগী ঈপাক, লাম্দোকপিরম্ম। ঐ মাবু কাওবা শুকভম ঙমলোই।

রাজেন—( ঙক্না ) হায়রদি।

নলিনী—পাবুং থেংলবা অহিংদা ফত্রবা রাবৈ অমদি মহেন্দ্র ঐগী লাইরেংশঙদা।

রাজেন—মখোয়না করি?

নলিনী—ঐবু ফানবগীদমক থুংলাইগা লোয়ননা।

রাজেন—ফাবা! চুম্নে চিঠি অসিমক মখোয়গী থুংশেমনি। "থুরকী ঈনা লায় শারম্নবা!"

নলিনী—বীরেননা থুদোংথিবা অক্ষুদগী ঐবু কনবিরম্বনি। পাবুং বীরেন ঐগীনি। ঐগী অহানবা হায়নবা নিপাম্ন মহাকনি। ঐ মাবু থাদোকপা ঙমলোই। মহাকী মরাপ কবিম্ন লৈতে, লাম্লিবদি ঐনি। ( কপ্পুনা চংথিবা )

রাজেন—পুম্নমক ফনবা ইপানা শীনগনি। বীরেন, নহাক কদাযদা চংলে। লমন……লমন…। বীরেননা মচনম্নুপীগীদমক লমন। মতিক চাই। ঐগী ইত্তে……………।

"চৈ মুৎপা"

# অরোইবা উৎপা

## মরিশুবা শরুক

### (১)

কুমিৎ চুম্লিগী মতুং।

( সখীগী য়ুম। নুংদাং পুং ৯ লোম তারকপা। পোদোন অমা মুখি মুখি থাম্লি। থোঙ লোম্লি। সখী মতোমতা ফুঙ্গাদা মৈ য়াইদুনা য়াৎলা তৌই )

সখী—ইস। করম থোক্লগদবা ? তৌজিক কাওবা মবোল মরি অমতা অঙবা। য়াবৈদা শিন্নখিবনি। মাসু লাক্লে। করিনো ঐনা তৌজিক তৌগদবা। বীরেনসু ঐবু শিংলি, ঐনদি মখোয়বু য়াঙনবা শিনলুরবনিনা। পংইদা ঐসে। মহাকপু হায়রা লোইশিনদোক্রদনা …। মচনপুম্নগী দমক শগে লৈজারবা মহাকনি। হৌজিক্তু ইতোমতগা ভাইরে করিনো ঐনা মখা চৎখিগদব। অরোনবা লম্বীদা নত্রবদি মখোয়সু চৎথোক থোৎ-তোকপা য়াক্লে, Police না কাগদবগী কোইতান তাম্লরে। ঐনদ ভাসি নুংদাংসিমক উন্নসি হায়নখিবনি। কাওদি কাওরমলোইনা। ( য়াবৈনা মতাংনিমক্তদা মুপান্দগী থোঙ থিন্দুনা কৌরকপা, সখীনা থোঙ হাংদোকপা ) ঐসু তৌজিক্তা নঙবু শোক্লমলিবনি, করেদা নঙ য়োরকপা। নত্তে করম করম তৌনবরা, মঙ্গল ওইগদোরিব্রা ?

য়াবৈ—ওইগত্রা হায়দুনা তৌরিবনিদনা। ওইবসু য়াই।

সখী—থবক্তুন fail ওইবা তারবদি ঐখোয়গী দশাদি নঙস্ু খঙলেদনা। ঐখোয়গী অকুপ্পা মরোল অমতং খঙবিবদা থবক পুম্নমক সর্বনাশ। হৈনা চংঙবা য়াদবনিকো।

রাবৈ—অহুগীদি কারিমতা চিংনরুম্ু। থবক্তি ঙসিদগীবু পায়খৎপা তৌরবনি। পুম্নমক ঐগী নত্তে হায়বা খঙনা খঙনা ঐনা অস্থক য়ানা হোৎনরিব অসিগী অরামনদি……অ। × × × ( য়া মখা তাদনা সখীবু মিৎয়েং অমদা ঙাওহনলি )

সখী—( মোকফেৎ তৌরগা ) খঙলেনে : অহুবুদি ঐ লৈরিদনা। নত্তে করম করম্না থবকপু পায়খৎলবগে ? ( তাঞ্জসিদা বীরেন লাকই, রাগী শাম্নবা তাহুনা মনানা থেংঙদা নপশিন্দুনা, করিনো তাই )

রাবৈ—Police কী থৌরাং পুম্না অরেম্বা তাবর্নি। ঙ'সমক, ঐগী ইকাদা শৎঙম্বা মালিকাবু ঐঙোন্দগী মুন্দুনা লৌখিবা, রনজিৎপু মাঙোন্দা ইনশিন্দুনা মকোক থুগায়হল্লিবা। মরাইবক ফংদগী মী খাবপনা হান্দুনা মখল্লায়দি হিংলৌরে। নংলমজ্রবদি……।

বীরেন—( শোনঙবা ) মরুপকী মকোক কায়রবা।

সখী—অহুনিদনা। মখোয়না ঐখোয়বু মাঙনবা শিনবদি উত্ত ঘা হৈজিনঙবনি, মখোয়দা মাঙফগদবনি। মধা তাবাদি… … ?

রাবৈ—লাইবক লৈরদি থবক খুদিং ঙসিমক পাংথোক্কে হায়বাস ঐগী লেপপ্রবনি। অচানবদা ইশামক চংহুনা Inspector গী মচাম্পী ডাক্তর নলিনীবু মুন্দুনা পুরক্লগা লচাগী ননৌম্নগী ওইহনবা। অহুগা অমনা, মসিমদি খরা লুনা থোকভ্রা ?

বীরেন—( শোনঙবা ) ডাক্তরবু মুনবা !

সখী থরা লুনা থোকলবহুবু করিনো ? Police কী যুমদগী মচানুগী মুনলুবদি লয়রগ × ×।

রাবৈ—অচুবুদি চুম্মি। শম্না হায়রবদা অমসিদি মালিকা ফংহৌত্রবনিনা শেল অচুশীদমক ঐশীদমক নঙবু মচুং……। করি খল্লি ? য়াম্রগনা থবক পুম্নমক fail.

সখী—(রাথল তৌরগা) নিরায় লায়বা, করিসু লৈত্রবা রাকম অচুশীদমক ঐখোয়শী থবক পুম্বা অয়েম্বা ভাঙনবা। মচু কায়দে। ঐনা নঙবু পায়কত্রবদগী নত্রা মালিকাবু ভু পিজহনা হাংজিবা। য়াদবশী তৌবনি ঐদি নহাক্না লৈমিন্নিংলবনি। নংবু নশানা য়াবত্র ন ?
(নোকফেং তৌবা মিংয়েং অমনা রাবৈ-বু ভুমংলি।)

বীরেন—(শোকজবা) য়াবৈদা লৈনবশীদমক হৃচনবু ভু পিজবা!

রাবৈ—ইশানা য়াত্রবদি নঙোন্দা হায়কবশী করি অর্থনা। খুদোং চাবা কাংদবদগী ঐসু কোংদোকপা ভমদনা লৈবা কুইরগনি। কয়দে চাবতু চথোম অমতং চামিন্নখিস অক্ষপা মখা চংখগে।

বীরেন্দ্র—(খোল কপ্পা, খোঙ থিন্দুনা) কনা কনানো, অরোনবা রারী শায়রিবা ? খোঙ হাংদোকউ!

রাবৈ—(পাখংপা) মী ভাথ্রেনা।

সখী—অখেংবাসদা ভরক ভবক লৈজবা ঐশীসিদা করি থবকীনো ? কনাসু লৈতে ইখম্বান। নত্তে হংলিখত্রবু কনানো ?

বীরেন—নচিম থিগু, চিনখিবী। য়াত্রবনিনা খোং নমথেকপা ভাবেদো
(খোঙদ কপ্পা কপ্পা খিনবা)

সখী—পুলিস! শোয়দে (য়ায়া ভপ্পা) রাবৈ করি উপায় × × ?

রাবৈ—নঙনা খোকপা ভাংনহৌরো ঐ চংলে। (রাবৈ মানংখোংদা চোংখোকুনা চেনখিব, বীরেন মখুৎতা পিস্তোল পায়রগা খোং নমথেকুনা মুকুনা চালকপা, কোয়না য়েংবা, কনাসু লৈবা উববা, সখী মঙন)

বীরেন—শেংনা হায়যু; নিপা অছু কদায়দা লোৎখ্রে? মহাকপু ঐঙোন্দা পীয়ু।

সখী—(ভক্র) বীরেন! নহাক অমুক।

বীরেন—মানি বীরেননি। হায়যু নিপা অছু কনানো; কদায়দা চেনখ্রে? নঙ্গবদি খুৎতা পায়রিবসি উরেদনা (পিস্তোল উৎপা)

সখী—নোংথৈ! কনাবুনো কাপকদোরিবা?

বীরেন—নহাকপু অমদি নহাক্না রারী শায়রম্বা নঙগী হুংশিজরবা অমত্তা ঙাইরবা হুরান শাজং চৎপা অরোনবা নপুরোইবা অমুবু কাপকদোরিবনি। হায়যু মহাক কদায়দা লোৎখ্রে? শেংনা হায়যু মহাকী লম্বী?

সখী—করি হায়বা বীরেন? নমামক ওইরম্লবদি অছুম হায়রম্লোইকো।

বীরেন—(নোকপা) ইমামক ওইরম্লবদি নঙনম্ভ ঐগী মাঙনবা শিন-লম্লোই নঙ্গ? হায়যু নঙগী নপুরোইবা, ঐগী মাঙনবা শিনবদা মখোঙ শোমলম্বা অকনবা নিপ ছু কদায়দা চংখ্রে? হায়যুনে ওক্রবী। নহাক্না অসিগুম্বা নত্তবা থবক কয়া চংথবদা ইচম চুপী লৈরবদি থবক মপুং ফায়রোই অমদি রাবৈদা লৈমথগী-দমক ঐগী অমত্তা ঙাইজরবী মালিকাবু হু পিজবা। নঙ্গা? হায়যু মহাক কদায়দা চংখ্রে? মহাকতু ঐনা থিরি হায়বা নহাক খঙব্রা? মীহাৎপী, নঙগী খুজিল!

সখী—ঐ শুকথঙ খঙদে।

বীরেন - খঙদবা য়ারোই। নোংমৈগী মমাংদা নঙনা করাম কুইনা খুপকনি। মচনহুপী অমবু হাংতোক্লগা মবুং অমনা ভরাই ২

সখী—লৈকায়, লৈকায় মী হাংলে, মী হাংলে ( লাওবা )

বীরেন—নঙবুদি করানস্থু তাবিরোই। ইমাতোন নচানু শাওগনু। নপাদা থাকচবা লাওদা থূজবনি। নহাক্কী নয়ালগী হায়রুরবদি মক্না অমনস্থু মথিক চাদবনি। অহুনু মতম অমদি নহাক ইমা ওইরমই ঐবু য়োকপিরমই অহুনা ভাকপিরবনি। পোথাকোরো। রাবৈ, নহাক্না ঐগী থুত্তগী কপায়দা লিংকনি। কদায় কাওবনো নঙনা লোৎকদবা লৈরমখো চাং য়েংনসি। নঙস্থু অকনবা নমিংত্তা ভাবদা কিনরবা নিপানি, ঐবু ভাইরমগ। মচনথুগী-গীদমক মবুং অমনা কদায় কাওবা তৌবা ঙম্বগে হায়বক্ত ঐনা নঙোন্দস্থু শোযদনা উৎলরবনি। রাবৈ লাম্বা লাক্লে ভাইরমখো।

( লাও লাওতুনা চেন্থোক্লখি, সখীনা ভক্ত য়েংতুনা লৈহৌই )

সখী—( জ্ঞান লাকপা ) অসি ওইরেকো ফত্তবগী কল। মীগী মাঙনবা শিনবদগী লংমৈ পুল্লনা পাওগুম 'পরম্মবা, পাওতাক কম্না পীবম্লবা বীরেন, ইবাগগী হায়করবদি মসিনস্থু মথিক চাদে, শিননবা কাপলম্বা যাত্র ? পুম্নমক ঐগী থুক্কিল থৌরাংনি, ইমা পেম্মে, নঙগী লমন অসি। মালিকা নবুং হুরানবা নত্তে, রাবৈ চেল্লো নথরাই ভিংনবা ...। ( রাম্বখিবা )

## Inspector রাজেনগী য়ুম। ইমুং

( মুংদাং অচুমক। রাজেন অশোকপা অচুনা থর শাখিখিবনা অনাবা থাওচুনা ফমুংদা হিপ্লুনা লৈ। গোপেননা ঙিদাক লাংথক শেম শাচুনা সেবা তৌরি। নোংলিনী থংনবা কাদা মখোয়না য়ারী শান্নবহু তাহুনা লৈ। রাখলনা মকোকসু ঙাওরি ১ তৌই, )

রাজেন—চন্দক মখোয়না লাকচখিবসিদি থল্লায় মুংঙাইখিদ্রে। গোপেন থেংনবা মকমদা অনিচু মথল্লায় লোথোকউ। ইচাসুপীবু নমদ্বুনা ইমাংমঙগী কাগে হোংনবা।

গোপেন—কনি Sir, ফনা কল্লা চুমচুনা পিরবনি অংবু থোইদোকপা তাংদাংবা মখোয়গী লৈকম ... । রাবৈদি পংলাপ লাপে হায়বা পাও অমসু ... । Sir, মখোয়না ওথোয়নী খুংগী লিংখিবা ঙকয়া য়ারোই।

রাজেন—মখোয়ন'নকো ঐবু অশুক শাখিনা শোকহনলিবা। মখোয়না ইচাসুপীবু ফানবগীদমক বীরেনবু মরাল থংজিনবা।

গোপেন—মানি Sir, ঐদি নহাক্সা হাযজবচুনি। অদুবু তৌজিকি পুন্নমক থঙনরবনিনা মমা মচা অমদি রাবৈগী চেনকম লৈরোই।

রাজেন—নত্তে, বীরেনগী পাওনা করি কবি তাবিবা ?

গোপেন—মহাকসি অঙাওবগুমপ্রে মহাকী লৈকম থজে। মচন নুপীগী অসু লুমিংতা মাগী রাশক ঙাক্লবগীদমক ..... !

রাজেন—রাশক ঙাক্লবগীদমক ... ।

গোপেন—মী পুরমক হৌজিক্তি বীরেনগী ভাক্তা ভাইগ্রে Sir, বীরেনগী মতেং পাংনবগীদমক মখে য়না শেম শাগ্রে।

রাজেন গোপেন, অচুম্বনা জর ওই ফত্তবা মীগী মীচং লৈবা হোন্নদে। (ভাক্তা অসিমক্তদা রাবৈ থাং পাইদুনা চংলকই। অকোয়বক্তু লৈদুনা অমুক্তং য়েংই। রাজেনগা মায়োক্কনা লেপই। মী অনিশুবন থৌতক তৌই অদুবু করিসু কিদবা মালহন্নি)

রাজেন—(কিংগন্তুনা) থেংনব'সদা করি থবক্তী মকম অসিদদি?

রাবৈ—ঐনা লাকপগী মরম নহাক খঙদে। নচানুপী লোবা। হায়যু মহাক কদায়দা লৈ?

রাজেন—করিগীনো অহুসীদমক্তা নঙনা অতুক য়ায়া কিংগৎলিবা? ভাইহাক কমখো, য়ারী য়াতাই শান্নখিসি ···। ফাত্রবসু নখোয় নত্তনা লোবিনিঙাই লৈত্রবা ঐগী ইচা-। শোয়দনা তাকনি মাগী লৈকম। অ.বু তাকত্রিবৈগী মমাংসদা ইযুমদা লেওবিরক-পগীদমক ঐনা নঙগা চ গাস অমতংদা ওইরবসু থকমিন্নবা পামই। গোপেন করি শৌরি, ননাগুগী চা ···।

গোপেন—(ভাব খঙদুনা) কনি Sir, ইবুংঙো ভাইহাক্তং পোথা-হৌখোদো। (চংখিগেত্তোবা)

রাবৈ—(থাং উত্তুনা) কদায় চংগদৌরিবনো? মকম অসি থাদোক্তুনা খোক্তকম অমা কাওবা লেঙব যারোই নত্রবদি নথরায়ত্তু···। থাং অসি উরেদনা। নপুক্লিগীদমক থরদি থম্লৌ।

রাজেন—করিগী চিংনরিবনেনে রাবৈ। চা থকমিন্নসি হায়বত্তনিনা? (গোপেন থোংজিন ময়াদা চপ লেপ্পা)

রাবৈ—Inspector সাহেব, ঐ চ থকপা ল কপা নত্তে।

অমুক পম্বঙনা কাল্লবা লৈরোই। ঐ নঙোন্দগী ব্যাবহার পামদে। ঐনা পাম্লিবদি নচাগুপী। ঙায়রু কদায়দা লোংলি মঙাক ?

রাজেন—( নোকুনা ) ইচাগুপী, নোক্নিংবা য়ানি রাবৈ। ছরানবা ডাকু নঙোন্দা Inspector অমনা মচাগুপী নিরুবদা পিরকনি হায়রগনা চংলক্লিবা। নহাক্না নরিল লৈববাদ ইথুক্তগী ইচাগুপী পুথিবা য়াগনি।

( থগনবা কাদা নোলিনী কিজনা থক ২ নিক্না কমুংদা কমই। তালক য়েংহুনা গোপেননা থোংলোনলৈ লামহনা লৌথোক্লগা রাবৈদা কনথরকই, রাবৈ মখুংনা ঙাকই, ফাউ, মুমৈ, নমনৈ। রাজেন চৌগৎপদা থর য়ানা থোকপমা উপায় লৈতে। অতুবু নাকন্দগী লিচৈক্ত লোংনা গোপেনগী মতেং পাংনবা চৌগৎলকই। খুদক্তা রাবৈনা গোপেনগী মবুক্তা কগ্না থাং শংপা রাজেননা লাময়না রাবৈবু কুনবা হোৎনবা। ঙমদবা। থানা গোপেনগী মবুক্তা থিনবা অতুপা Inspector বু লাংনা ইন্দুবা, জ্ঞান মাংহনা তুথিবা )

রাবৈ—কমদোই অথোংশিং। হৌজিক্তি কার উপায লৈদ্রি। তুপী-মচা অমগীদমক নংন্নায় মাঙবা তারেদো। মপুগী য়াথং ঙাক্লবা হোৎনবদা নথল্লাম থারেদনা ( নোলিনীনা লৈরিবা গঙনবা কা অহুগী থোং নমথাইবা, থাংহু পায়রুনা চংলকপা )

নলিনী—( পাংনা ) ঐবু শোকহু। মীহাৎপা, ঐবু ফাগহু।

( লৈরেনা পোৎনা রাবৈদ পংথাদা থাবা )

রাবৈ—( নোকুনা ) ইথুঙো তারবা, শাদাএবগী ময়াংদা শক্তি অমোম্বা
থৌশাবদি কনথম লুংঙাহ। নহুনা লিংকদবা কদায়দনো ?
নচ ঐগী ওইরগদবনি।

( থাংজু কক্লাংদা মুশিনবা, নোলিনীদা চংশিল্লকপা নোলিনী
হন্দোকপা নোলিনী লওবা, রাবৈনা ফুরিৎ পাইবা, শেগাইবা
কমুংদা ইনখুবা লাক্লবা, তঙাসিনঙ্গদ বীরেন চংলকপা রাবৈ
উচৌদবা, রাবৈগী মনাক্তা লেপ্পা )

বীরেন—( য়াম্না ঙপ্পা ) রাবৈ ! ( রাবৈনা ওক্লা মমাংদা লৈথোরকপা,
বীরেন কিল্লা ওমকবা থাডুনা থিনবা ) হাঃ হাঃ ( নোলিনী
চেঙ্খোকখিবা, মচি অমদা বীরেনবু মুমা লেংজনা কেপ্পা কি
উবাজনবা রাবৈ শৌগংলকপা, অমুকন্তু কিল্লা থিনবা।
কংলৌই ? নতন পুম্বদা লৌশী মাঙনবতা থনবত্তা নত্তনা মুপীগী
সতীত্ব কাওবা ...। শাওগী শাজৎ চৎপা। ( খোঙপাক্তা
কাওবা রাবৈনা কাবা, চনকপা তুবা, )

রাবৈ—( শৌগৎলকনা মনাক্তা তারম্বা লিক্লি অমা মানং থুগায়রগা )
বীরেন ঐসু নওবু থিবা কুপ্পবগনি, ডাসদি য়াম্না মতাং চারে।
ঙখুগা কল্পারক অৱাবা তাবে থজনা খনুনা অমুকন্তু ঐবু
থিরক্লি নত্রা ? থুপী অসিনদমক নরোম্ল পাম্মুক্তেদনা

( তুজনা লৈরিবা বীরেনদা লিক্লিদুনা থিনগে হোৎনবা, বীরেননা
মথুং কাবা, মুয়বা। তঙ সিদা রাজেন চংলকপা, চৈনা কন্থবা
ওল্ল-তেম্মন বীরেনগী মকোক্ত পানদা, নকেংকা কায়বা, অমুকন্তু
কমবা রাবৈদা পানবা, রাবৈ মথুঙগী লিক্লি অদোমা নাপ্তোকপা।
নম্মরম্বদগী বীরেন চোংথোকখিবা, রাবৈ শৌগংপ লংজেংভেদা

বীরেনা কক্লা'দা য়ুংলিবা থাং শংপা, খোঙতৈদ থুনা অমুক চোংশিন্দুনা রাবৈগী মখুক্তা কপ্পা রাবৈ জ্ঞান তাদনা লৈবা )

বীরেন—মালিকা। ইবুংঙ্গী রাশক ঙাক্রগে।

রাবৈ—( উপায় লৈত্রদ্রুনা ) ঐবু ঙাকপিয়ু ঐ লানখ্রে।

বীরেন—( নাক্তু্না) লাজবা ··· ···। শিবন্ত কিরিবা। (মরাইবক্ত, লৈপাক্তা শুজিনবা ) ঙাকপিবা, ঐনা নঙবু ঙাকপিবা। ঙাকপিগনি। মী কয়'বু কিবা পোকহনবা, মগুণ লৈরবা, নশামক্কী থাং অসিনা পাপ চেল্লবা, মগুবা থবক্তা শিজিন্নরিবা নখুং অহু কক্লুনা মীশা পাম্বা দেবতাশিংবু ইরাং পূজা তৌহুনা পেলহনবা অহুনা নঙগী ঙাকপিবা ওইগনি। নখুং অসিন ঐগী ফুবিংখাওদা সনা হাপচিনবা হোংনখ্রিবা, ঐবু কন্নানবা তা'হনখ্রিবা, ইবাৱবা নংহনখ্রিবা কয়া অহু অহুগী লমন মঙ কাওরব্রা? ঐসু মীনি ( মখুং ককথংপা ) ঐগী রাশক···। হাঃ হাঃ ঐনা নখুং ককলে, সমাজগী মতেং পাংলে

রাবৈ—অযো ইমা ( চৈ না থাডবা ঙমদহুনা লাওবা )

বীরেন—করিগী নমা কৌহুনা চৈ-না থাঙলি। নিংশিংবা যাত্রা মতমহু, নঙনা মী কয়াবু শুং-নৈখিবা। মতমহুদা মখোয়না নঙগী থাঙগী অমদি ফুবা-চৈবগী চৈনা থাঙবা ঙমদনা উপায় লৈতনা থাঙ-খিবা অহু মহুমক্সি, হুংঙাইত্র রেংউ। নখুং য়াওব্রবা নলাক হৌজিক ফাওবদা অহুগুম্বা মতাংহু নিংশিংবা খোক্তে। চংলো নঙগী হুপী সখী অহু ঐগী নোংমৈ শুলিনা মরাল থঙহনলম্লবনি, শিজিনৈদা উন্নজহৌক।

রাবৈ—বীরেন …।

বীরেন—নত্তনা ঐগী খুত্তা থাংনা থিনখিবত্থু নিংশিংলিব্রা? মত্তুদা ঐহাক স নত্তনা থোংকী মীগুম থনখিবদাই, নত্ত য়োংকী মী নত্রা? কত্রবা, ত্থরানবা, ত্থপীগী পুন্সিবু শাম্নপোংকুম থনবা, নয়ালনা নপোং কারঙ্কনা নশাঙ্ক লেঙ্ঙম কাঙমত্রে মত্রা? (খোংপাক্লা কাউবা) চংখ্রো চংলো নশক য়েংনিংদে।

(রাবৈ তপ্না তপ্না খোকখিবা)

রাজেন—নহাক ঐবু ঙাকউ।

বীরেন—Insperctor সাহেব। ঐনা Inspector গুম্বা অচৌ অশাং, মীনা শকথঙ মাইশঙনরবা মীওঙ্গ অমবু ঙাকপা…। ই'তক নংচদৈ। ঐদ লাযরবা চন্না য়েংবদা কনা লৈত্রব, অত্থগীস্থ মথক্তা ত্থরানবা, মীহাংপনি।

নলিনী—বীরেন।

বীরেন—অশেংবনি ভাক্তর। ঐমুক কল্লবা মী অমা লৈত্রে। Inspector সাহেব অদোমদি Police নি সরকারগী কর্ম্মচারীনি অসিগুম্বা মীহাং মীপুনগী থবক চংথরবা কাওবদা ঐবু কাদ্রিবা কারিগীনো? ঐবু কারোলাও। ঐহাক মীহাংপনি।

রাজেন—বীরেন রাথল অত্থ লাল্লে। নত্ত মীহাংপা নত্তে মীহাংপশিংবু মাঙহন্দুনা মীওইবগী অর-অনা কনবিবা মীশকনি। ঐহাক্লা নঙোন্দা থনখিবা রাথল অত্থ অরানবনি।

বীরেন—Inspector নত্তনা ঐবু হরাওরে

রাজেন -অচুম্বনি। নহাকপু কনামত্থ মীহাংপনি খল্লোই।

বীরেন—মচুনা অদোমগী রাখলনি ! ডাক্তর সাহেব, ঐবু ডাক'পযু, অদোমগী পুক্নিদা ঐনা শিংঙমলরোইদবা লমন কয়া তোঙ্গবনি অহুবু ঐগীদি পাঙ্গলনা নঙুনা শিঙনিংঙাই লৈতে হায়খিবচুনি। লমন অচু ওসি ... ... । Inspector সাহেব, চৎচরে, লৈবিরৌরো ( চৎকে তৌবা চৈনানা খোংকাপ ১/৩ থাংলা।। ভুখিবা, লাওরম্বা ) মালিকা। ইবুংঙ্গ লাক্লে। নবুংবু ঙাই-রমখো। ( নলিনীনা চেনশিন্দুনা কোনখৎপা, রাজেন মচা-ঙুপীগী মথং পাংবা )

নলিনী—বীরেন ! ঐদি মাহুজরেদনা।

মৈ মুৎপা

৪/৩

( মালিকাগী মোংফম ময়াদা ভনান ভনান শাবা বীরেনগী পিকতক তৌবা যুম। অয়ুক পুং ৭॥ মুক তাবা। লমহাং ওইবনা অয়ুক অসি অশুকী মতিক নিংথিজে। অবাঙ্গদা উরিবা চৌং অদুদা শনশিংনা পরেং পরেং কাখৎলখি। অতিয়াদা উচেক-শিংনা শঙ্গু শঙ্গু পাহরি। মোংফমগী অকোয়বদা তৌরিবা, নিংথিনা শেমজিনবিরবা হৈ-পাল লৈপালশিং অভুনা মহৌশাগী থৌগল তৌবি। চাওবগা কোয়্গীগনা বীরেনগী সেবা তৌরি—কোয়্গীনা ভুমাই ভুমই। মীয়ায়া মপান্দা অরাং-অপাং শেম-শারি )

বীরেন—( যায়া তপ্না ) ঐহাক্কী চকচাং অসি কনখৎত্রবনিকো ?

চাওবা—ইবুংঙো, হায়রগী নত্রে, য়াম্না ফেরা ফরে।

বীরেন—খুড়া, ঙসি অসিবু ঐহাক কৰিকুম্বা অমতা লৈ-শৎপা য়াখিরোই হায়রম্বা ?

চাওবা—( কোপ্নীদা ) ইবেম্মা, ডাক্তরনা নঙোন্দা করিমত্তা হায়বমত্রা ? ঐদি চৎথোকলুহনা খঙহৌত্রেনা— ।

কেম্মী—হায়রমই। লেঙ ওস্তুনা চৎথোক চৎশিন তৌবদা থর য়াখিনি।

বীরেন—হৌজিক ফাওবা চৎথোক চৎশিন ঙমদ্রবা। খুড়া ঐগী চকচাং অসিবু করি থিনা শোক্লবগে ?

চাওবা—অদুক শাথিনা শোকপমক নত্রবসু ডাক্তবনা নহাকপু মপুং ফানা লাইয়ে বদি পামই

বীরেন—ডাক্তরনা হৌজিক ফাওব ঐবু লেবা তৌবা লেপত্রিবা।

কেম্মী—লেপত্রে য়াম্না থরায় য়াওনা নহাকপু য়েংলি। মহাক্না হায়রমই ঙসিদি নহাক শোয়দনা ফরনি।

চাওবা—বীরেন ডাক্তরমক নংলমত্রবদি নহাকী কিঙম অসি অসুম ফগৎলম্লোই। মহাকী পুন্সি অসনা নঙোন্দা যমি অমা ভাখিবনা মহাক্না নহবু অসুকী মতিক চেকশিন্না য়েংথিবনি।

বীরেন—খুড়া ঙসি অসি করি থোকই ? ঐগী রাখলনা লাম্বা ফংত্রে। পুক্লিং অসি কয়দা নুংশিত্রবা। ঐগী যাদিকারা কয়না ঐবু হুন্দোক্লম্বা। হায়দু খুড়া থৌরাং পুম্বা লোইবিরম্বা ?

চাওবা—থৌরাং পুম্বা লোইরবনি। নহাকী রাশক ভাহপা নুমিৎনি। নচনগী অংস্ত সঙ্কয়নি।

বীরেন—য়াশক ঙাকপা! খুড় ঐ নাবা করে। ঐ করিস্নু তৌদে। খুড়া রনজিৎকী অনাবনা কমদোরি ?

চাওবা—রনজিৎনু হান্নদগী য়াম্না ফগৎলে। মহাক ঙসি শোয়দনা মকমসি য়ৌরক্লনি।

বীরেন—মখোয় কনামতনা ঐবু কাউদ্রবা! চৎলু হন্দোক, তৌজিক-মক ডাক্তর কৌরিরু। করিগীনো মহাক্না ঐবু ফহনদ্রবা? (কোম্বী থোকখি) খুড়া মন্নাম্না ঐগীদমক কয়া য়াবিরবা, ঐবু শুংশিবিরিবা?

চাওবা—মখোয় পুম্বা নখকপু শুংশি। নহাকপু করদা ঙাইহনা লৈরি। তৌজিক নহাকী অন্নাবা কারিনু লৈত্রে, অরাং ৫পা পুম্বা মখোযগী দায় শুইখ্রে।

(নোংলনী, কোম্বী চংমিন্নরকপা)

কোম্বী—ডাক্তরনু য়ৌরক্লে; পাও পুম্বা থৎলার্ক।

বীরেন—(হৌগৎলগা কম্বা) ডাক্তর সাহেব নহাক্না ঐবু ফহন্দ্রিবা করিগীনো? ঐগী য়াশক ঙাকপা তুমিত্তু ঙসিনি। মীয়াম পুম্বনা ঐবুতা করা ঙাইহনা লৈরে। ঐ মীয়ামগী নিংবা থুংহনবা পামই। হৌচনগী থোংকমদা ঐগী হাথো পাংথোকপা। হৌনা য়াই তৈবা ....। ডাক্তর ঐবু ফহল্লু, ঐ হিগুনা লৈনাংত্রে। মালিকা ... মালিকা।

(কৌরম্বা অমুক হিপথখিবা)

নলিনী—ঙাইহাক্ত তুমিন্না পোখাবিয়ু হকচাংনু য়াম্না শোকচিন-খিবা তারে! খুড়া অনাবা য়াম্না ফগৎলে, হৌজিক চংথগদবা থবক পুম্বা লোইশিনবিক্রুরো।

চাওবা—অহুদি ময়ামদা পাংসি খঙহনজরুরগে ?

নালনী—য়ারনি। ( চাওবা খোকখিগে তৌবা বীরেননা খাম্বা )

বীরেন—খুড়ানা মতম পুম্বদা ঐগী ইতেং পাংবিরি। ঐগীদমক কম্না রাবিরি। মসিগীদমক ঐনা কৈদৌদৈদা কাওজদে। খুড়া লৈব-দগী ঐনা থবক পুম্বা অসি পাংথোকপা ঙমজরিবনি। খুড়া নচাগী নিংবা থু হনর্বিযু। লাইব-অনং, অন্তোন অন্তাং, শেংপা-চাব' কংদবা মীওই কয়াবু নিংদিনা সেবা তৌ'রম্ব। ঐনা মখোয়গী পুন্সিবু য়ায়া ফুংদিজে। মীয়ামদা ঐগী অনিংবসি ফোংদোকপিযু। ঐহাক শোয়দনা রাশক ঙংকনি। ঐ মবুং অমনি। যন্ত্রবী মহাক্কী ঈনা রাই তৌখিনি। খুড়া, নচাবু মতম চানা কৌথোক, পিরকউ।

চাওবা— মতুগীদমক করিমত্তা লিংনরগু। পুম্নমক ঐনা কননবা শিনগনি। নহাক পোথাও, ঐহাক ময়ামগা অমরুং উনরুখিগে ( থোকখি )

নলিনী—বীরেন, নহাক পোথাস্ত্রে। নহাক্কী করিশু অরাংপা লৈত্রে।

বীরেন—ঐগী অরাংপা লৈত্রবা!

কোম্বী—মানি। নহাক্কী অরাংপা লৈত্রে।

বীরেন—ইন্দোল, নহাক নচাবু রারোগজকো। মীওইবগী পুন্সিদা মমা মচা ফাযবসি থুংশিনদবা কনা লৈতে। অংবু ঐনা তৌরিবা থবক ‥ ‥। ঐহাক করিনো ? ইন্দোল নচাবু ডাকউ, রাশক ডাকনবগীদমক অমদি যুম কায়নবগী মৈশান। লাকশিনখিত্রুনা ঐনা রাবৈবু ‥। ইন্দোল নচাগী মথক্তা করি অপাম্বা ? নচানা হরাও হরাও য়াজবি।

কোম্বী—বীরেন ! অচুম্বনি। মীওইবগী জগৎতা মচাবু চুংশিনবা মমা লৈবা হৌনদে। অদুবু ঐহাক রাবৈগী দমাক্ত খোম্না চিংনজে।

নলিনী—করিগীনো ?

কোম্বী—সুপীমচা চুম্মি রাহৈ অদুমক হংফম থোকপনি। রাবৈ ঐমক্তী ইচা নত্তে। নচা নত্তহুনা অদুম খল্লিব্রা হায়বা য়াই। মতৌ নত্তে সুপীমচা ? ঐনা মাবু পিশক পিকলিডৈদগী মমানা হুনদোকলমহুনা য়োকপনি। মহাক্তী মমাতু ঐগীদি ইচেনি ইচেনা পোকপদি ইচা নত্তব্রা ? ঐনা মডোন্দা কয়ারক হায় "কত্তবা থবক তৌদনবা" অদুবু মহাক্না কারিগুম্বদসু ঐগী রাহৈ অমা কাওনা তাখিদ্রে। খোইন খোইনদুম হেনগৎলকই তশেংবমক ঐ মাগী লমচৎ-শাজৎপু তুক্কচৈ, ঐ কাওবা তাম্নোকতুনা মাগী অনিংবদা ননিং মখা তম্ব। মহাকাতি অসিগুম্বা থবক্তনা মতিক্ চাবনি। মরালনা মপোৎ ফাজহনা কংজবা দশানি। ঐনা কবিসু চিংননিংডাহ লৈত্তে। বীরেন নংনা অরাবা তারিবা খুদিং মহাক্তীসু চিরোল য়াওদবা নত্তেনে। মালিকাবু নমহুনা কান্নবগী দমক মহাক্না হোৎনরকপা খুদিং ঐনা সুপীমচা অসিগী মপুক্স মাওহনিংচহুমা কয়ারক থিংখি। বীরেন, মরালনা মপেৎ ফাজহনা কংলিবা দশানি। নত্তগী নরাল লৈত্তে। ঈশ্বরনা মাবু মতিক চাবা দণ্ডি পিরকপনি। বীরেন Inspectar না চিংনবা চিঠি অদুসু রাবৈ অমদি নমাতোনগী থোরাংনি। ডাক্তর, বীরেনগী মতম য়োরক্লগনি, মশা অদু থর কনথৎত্রিবরা ?

নলিনী—থরতা নত্তে, য়াম্না কনথৎলে।

বীরেন—ঐহাক ফরবা। অদুদি ঐহাক হিপুনা লৈখোকপা য়াত্রে।

কোম্বী—ভাইহাক পেথাখো। ঐহাক ময়াম লাক্করিবনিগী সেবা অহুক তৌরুখিগে, তাদ চাওবগী মতেংসু পাংলুখিগে। ( নলিনীনা অর্থ লৈনা য়েংলমলগা খোকখি )।

বীরেন—( শোনবা ওইনা ) ময়াম পুম্বা লাক্লরবা। ঐবু খুংশিবিবিবা। অমুক পুং ৯মুক তারকপা। নিংথিনা খোরাং তোহুনা খন্দুনা শেমলবা মোংকমগী অকোয়বদা লৈরিবা শংগাং আসম্না মী অমা লাক অনি লাক তৌহুনা কোয়লাং লাংবা। ব্রাহ্মণনা তৌনবী তৌবা, লৈ-শু কংপা, ময়াম্না মালিকাগী কোটোদা লৈ কংপা অমদি ওমজবা দান তৌবা )

নলিনী—লাক্লরে।

বীরেন—ডাক্তর, লাংলিবা, তাবিবা খোঞ্জেল অসি করিগীনো ? অশোক অপন য়াওব্রা নক্লগনা কার ?

নলিনী—অশোক অপন নত্তে, মীয়াম থাকপগী নিনথনি মখোয় পুম্বা নচনক্লগীগী কোটোদা মিংকী লিগা লোরননা লৈ খুজোক খুজোক কংলি নচনক্লপীগী আত্মা শাস্তিগীদমক্। অহুতসু নত্তনা মখোয়না ওনজবা দান। মখোয় পুম্বা নহাকী থবক্তা পেল্লরে।

বীরেন—দান। ইচনক্লপীগী কোটোদা লৈ কংপা। ঐগী থবক্তা মখোয়না পেনবিরবা। ঐবুসু মখোয়বু অমুক্তা উংল্লু। হোগংতুনা কপ্পা ( নলিনীনা খোংনাও থাংদোকুনা বীরেনবুসু য়েংহনবা) মালিকা। ইবুং লাকনি, ইচনবু কত্তবা মখোয়শিং অহুগী ঈ খোরাংলত্রবে ? ইবুংসু কাউত্রি, ভাকনি ঐগী রাশক ; থমলি নওগীদনক কত্রবী মুপী অহুগী তোংশাদা চেনবা অতাংবা ঈ। ঐহাক রাশক ভাকনি। অমতা ভাইজরবী ঐগী ইচনবু মখোয়না

পুন্সি কেমদনবনিকো। ডাক্তর ঐ পম্বতুনা লৈখোকপা মতম নত্রে। মীপুম্বা ঐবুতা থাইনরে য়েংউ মখোয়না ঐভোন্দা য়েংদুনা লৈনরিবসি ডাক্তর, ঐ পম্ববা মতম নৎত্রে। নহাক খুডম্বা ঐনা বাখকাথিবদো, ঐ শোয়দনা চৎকনি।

নলিনী—খুড়ো, ঐস্ত নতু হনজনি। ঐগী থুদোংথিবা কয়া কোক পিরম্লয় নহাকপুম্ব ঐন. থাদোকপা ঙম্লোই। (চাওবা চংলকপা)

বীরেন—খুড়া ঐবু শোৌবিয়। ঐ পম্ববা মতম নত্রে। ঐবু মফম অসি তাম্ন পুথিয়ু! কদায় ডাক্তর ঐগী থৌরাং। (নোলিনীনা কৈক্তোমলচিংবা দরকার লৈবা, বীরেননা চংগদবা পোৎ থুদিংমক লানশিনখি।।

চাওবা—শোয়দনা পুগনি। নংগী মতম য়োয়ক্রুনা ঐস্ত নঙ্বু কোথোকপা লাক্লবনি ত্রাক্ষণনা নঙবু ভাইকুনা লৈহৌরবনি।

বীরেন—ঐবু ভাইরবা। অঙুগা ঐহাক্না নিংভাইদনা লৈথোকলিবা ময়াম্না ঐবু করি ঙৈন. খাম্নরমগনি

চাওবা—নঙগী মরমদ কবিস্ত থাংনবা তাদে। মখোয পুম্বা নহাকপুনা থাইনরিবনি

বীরেন—ঐ য়াংতুনা খবর্ক পুম্বা পম্বরবা। চৎসি খুডা। ঐবু শোরোলাও ডাক্তর ঐ নখোয়গী নতো যাওদনবি মফমসি কোৌবদা থর থানা থোকদ্রা নিংই। ঐনা তক নোন্দুনা ময়ামদা হায়জগনি, ইরাল ভাকপিযু থাবনা।

(নলিনীগা চাওবগনা য়েৎ-ওই কোম্লগা পুথোরকপা)

মালিকা, নবুং লাক্লে কপলল্ল ভোকলো! য়েংউ ময়াম পুম্বনা

নহাক্কীদমক কয়া ঙুংঙাইতনা মিৎকী পিয়াং শিন্থ্রিবা। পুন্নমক নহাক্কী ঙাক্নি

ময়াম—( খোঙ্জেল অমতা ওইনা ) ঐখোয়না নিংলম্বা অদুমক খোক্লে। থবক পুম্বা মঙ্গল ওহবা ঈশ্বরনা পিনসনু।

( বীরেনবু মচনমুপীন্ন কোংকম্ ময়াদা হোনবী তৌরিবা ব্রাহ্মণগী মনাক্তা পুশিনবা। বীরেনগা লোয়ননা নলিনীসু ব্রাহ্মণবু খুরুম্বা। ব্রাহ্মণনা অনিমকপু আশীর্ব্বাদ তৌবিবা )।

বীরেন—গুয় পুন্নমক্তা ঐবু ঙাকপিগনি। হে গুণ পুন্নমক্কী অখোইবা, মাইখোংদা নিংথিরবা, শুমহৎনিংঙাই ওহবা মমিনা মীওইবগী লম্চোয়বু পোথাহনবিরবা হে ব্রাহ্মণ অখোইবা। করিসু লৈত্রবা ঐহাক্কীনক লোংবিরকুনা খাইবু পেলহনবীবা মসিগীদমক ঐনা হয়া-হয়া থাগৎচরি। অতুবু অওংবদি ঐগী লাইবক থিবনা ব্রাহ্মণবু মতম চানা সেবা তৌবা ঙমজহোউদ্রে। মসিগীদনক ঐবু ঙাকপিগনি।

ব্রাহ্মণ - ( নোকপেং তৌরগা ) ঐহাকপু অসুক্কী মতিক থাগৎপিরিবা অসিদগী নহাক্কী গুণনা খোইনা হেনখ্রবনি। নহাক্কুম্বা সমাজ সেবা তৌনিংবা নিপা অমগী কনানা ময়াম পুথোকপা ঙমগবা। ঐখোয় পুম্বা নহাক্কী লমন তোল্লবনি।

ময়াম—মানি মানি ( খোঙ্জেল অমতদা লাঙনরক্পা ) ঐখোয় পুম্বা নহাক্কী নযাথং ঙাইজরকনি।

বীরেন ( ঙক্লা ) ঐগী য়াথং।

ব্রাহ্মণ মানি খাইপুম্বা নহাক্কী য়াথংতবু ঙাইমরবনি। মঙ্গল ওইসনু নহাক্কী থবক খুদিং। ঈশ্বরনা খোজালবিবা পিনসনু। হৌজিকতি

মতম যৌরকুবনিনা অহানবা ওইনা রাশক অতুমক ঙাকপিহনা মীরামবু পেলহনবিনবা হঙ্ক্চরি !

বীরেন—অদুদি ... ... ।

ব্রাহ্মণ অনিংবা অকুমক

( বীরেন মনাকতা লৈরিবা পুজা তোনবা ঈ হাপ্পা পাত্রহ্ থাঙ-তুনা মরামদা উৎলি )

বীরেন—মালিকা, ইবুংগী ইবেম্মা, রানা লৈশাং তন্নবী লাইর লৈকোনগী চকুরা, মকুং মতম চাদনা, য়েংশিনবিনবা কনা লৈত্রবনা কনবিনবা য়াওদনা, পুকচেল পিকপা মখোয়গী, কল্লক থিল্লা চিক্কুন ইচলগী পুলি খমখিবা, কাউত্রি ওসিফাও নবুংনা। শাংলরো লাইনা তুমনা, লৈশাং তম্নরো মোঘোন কিনোক্তা লোয়ননা, বসন্তগী রৈথায় থিঙ্গায় য়াওত্রবা, অচান-মীরাই লৈত্রবা, জাং-কিজাতি থাইত্রবা, লৈথল-শুনা হৌরবা জাইবং শেম্বা মপুগী নিংথিবা লৈকোন অসিদা। মালিকা নমিৎ পেল্লা লাইরৈবাকুগী য়েংলকখো, লৈচিল পোমাই হাংহুনা ... ওসি নবুংনা রাশক ঙাকলবনি, কত্রবী মহাকী ঈ না রাই তৈরবনি নহাকী মোংকমদা ... ... । ( ঈনা রাজ তৈবা )।

ইপা ইপু পুম্বা পেল্লো, করিসু লৈত্রবা ঐহাকী ওমজবা দান হায়ববু মসিতনি। জগৎকী মীওই থুদিংমক খঙহৌরো ওসিদগী কুপী অমনা কদায় কাওবা ইমুং-মকুংতা নত্তবা সমাজগী মাওননবা শিল্লকপা হায়বহু। মকুগী কননা করি ? মিৎ পেল্লা য়েংহৌরো। ত্রেগী ইথৌ ... ... । ইথৌ পাংথোক্লে। পুন্সিদি ইথৌনি।

"Life is duty not a bundle of rights and pre-villeges," ইথৌ পাংথোকপদা ঐখোয় পুম্বা হনবা তৌরোইদবনি।

ময়াম—( খোঞ্জেল অমতা ওইনা ) মানি ঐখোয় পুম্বা ইথৌ পাংথোক-পদা কিবা লৈরোইদবনি। মীনা মীবু ম্বী ওইনা উহনগদবনি। ঐখোয়সু মীনি।

বীরেন—হে ব্রাহ্মণ অথোইবা। হৌবিরো হৌজিক ইরাৎ পূজা, মীশা পাম্বা দেবতাশিংদা। পম্থবিরস্থু হৌজিক্তি, য়েংবিয়ু নোংথক্তা, পাইরয়ে লঙজা, কাকনচিংবা শাহিং চাবা উচেকশিং। লাক্লা লাক্লা খোংলক্লনি মপুক লাম্বনা। পম্থবিরগু, গুণ পুন্নমক্কী তুংনকম ওইরবা হে পাণ্ডিত। মখোয়না মপুক পেন্না মুন্নহুনা চাবস্থু ঐখোয়গী ইমিং পেন্না য়েংহনবিরো।

( হৌনবী তৌহুনা ব্রাহ্মণনা ইরাৎ পূজা তৌবা )

ব্রাহ্মণ—( অতংপা থুংতু ময়ামদা উংতুনা ) য়েংবিয়ু মুয়াম পুম্বা, কত্তবা থবক্কী কল কবিনো হায়বস্থু। কন্নবা হিংচা-মাইতম্বগী থবকতবু হৈনরবা, সমাজদা চুপী-অঙাংবু ওত্তুনা অমদি অদুং অগুক মতুশোনবশিংদা অত্যাচার তৌবদা হানলেংবা লৈত্রবা শাগী শাক্তৎ চৎপা নিপা অস্থুগী মথুংনি। মসিনা ইরাৎ পূজা তৌদুনা মীশা পাম্বা দেবতাশিংবু পেনহল্লবনি।

( মথকত্তা লংখৎপা, উচেকশিংনা মুন্নহুনা চাবা )

ময়াম—( ওক্লা ) লাকখ্রে! লাকখ্রে! উচেকশিংনা মুন্নহুনা শেং শেংতুনা চারে কন্নবা য়াবৈগী শদোং …। ঐখোয় পেন্নে।

কোম্বী—লাকখ্রে! য়েংউ মীপুম থুদিংমক লম হেনবা মমা-মপানা হায়বদা ইন্দ্রবা ঐতনা অহেনবনি ওকচাও থেকপা মহাকী মত্তিক চাবা নত্তী!

বীরেন—জীবশিংগী মরক্তা, মীওইবগী সংসারদা মশা মশাগী অখোইবনি থুনজবা, অভম-অভম হাংতোক্লবা, অচৌবমা মচাবু তুহংপা, ইনাকখুনবনা লাইরববু হন্দনা যেংবা, অচান মীবাইগী খ্রাখল অন্থ ঙাসদগী মাহক্রসহু। কদিগুম্দা থেংনরবা অসিগুম্বা খ্রাখলনা নাবা মীওইশিং, লাংবেগনি মহাকপু হায়জন্দনা, জ্ঞান তাহন্দুনা মহুদম্মু য়াম্রবদি মহাক মী নত্রে, শানি মীহুংশি পকত্রবা ... ...

মহা—অসিগুম্বা দশা কাংনগনি ঐখোয়গী মানুং

ব্রাহ্মণ—মানি, দশা অসি ফংহনগদবনি। মহাকদি পুন্সী মশকনি। কত্তনা মাঙন্দুনা অকবা পুক্লবা হোৎনগনি, ঈশ্বরনু লৌশিল-বিগনি। ঐখোয় পুন্সা অমত্তা ওইনা কত্তবা মাঙহন্নবা হোৎনবাসি থরাব হকচাং কংথোক্কুনা! মতমত্তুদা ওইগনি সমাজ্গা শান্তি।

( রনজিৎ + রাজেন চংলকপা )

রাজেন—মানি ঐখোয় পুন্সা অমত্তা ওইনা হোৎনগদবনি।

( মরাম ঙক্লা য়েংনবা )

বীরেন—[illegible]

রনজিৎ—অচুম্বা হায়রবসিদা কৈদৌঙৈদম্মু মায় থিররোইদবনি।

রাজেন—মানি ঐখোয় পুন্সা অচুম্বগীদমক থরায কংথোকলবা ওাক্তনি।

বীরেন—থরায় কংথোকলদা!

ব্রাহ্মণ—মানি থরায় হকচাং অনিমক অচুম্বগীদমক শিজিন্নগদবনি।

( মহেন্দ্রনা সখী পুন্না চংলকপা তৌবদা মরাম লাঙনরকপা, লাঙনরকপা )

রনজিৎ—করি অমুক তৌরবগে? অমুক্তা তুমিন নৈবিন্নু ইচিন-ইনাও পুন্সা। মখোয়বু চংহনসি কৈদৌবগে?

ময়াম— ঐখোয় য়ানিংদে। মখোয় মরাল লৈরবা মীশকনি।

রাজেন—( শোনবা ওইনা ) মখোয়বু চংহনবা!

ব্রাহ্মণ— মরাল লৈরবস্থ চঙজকক্লবদি কনাবগনি।

সখী—ময়াম পুম্ব, ঐখোয়বু চঙ্হল্লু। মহাক্কী মফমদা ইরাল অসিদমক ঙাকপিয়ু হায়জগে জখী অমুক্তদি থাদোকউ।

মহেন্দ্র— চঙজবক্কব মীবু কনবিয়ু।

ময়াম—ঐখোয় নখোয়বু থাজদে!

বীরেন—[illegible] ময়াম [illegible] মখোয়না [illegible] কোংদোকইনসি অংগ। [illegible] থবকপুম্বা?

( চংলকপা, সখীবু মহেন্দ্রনা কোন্দুনা লেপ্পা )

বীরেন—ইমাতোন, মহাক হৌজক ঙাওবা!

সখী—পাপনা মোমরা হকচাং অসি ঈশ্বরনা পাম্বজে!

মহেন্দ্র—তামো, চঙজফম লৈজত্রবা ইমা হচাবু ঙাকপিবুরোইদ্রা?

বীরেন—ঙাকপিবা! মহেন্দ্র নহক য়ারোগনু, মহু ঐগী ইতিক নত্তে।

মহেন্দ্র—[illegible] চঙজনরগা, কনা লৈজত্রবা ইম হচাবু ঙাকপিদ্রবর, [illegible] কত্তবা মীগী চঙজকম লৈতে। হে! তউবংদা লৈবা ঐগুম্বা কজ্জনা মীওই খুদিংমক নপুন্সিবু মনিং তমহনবা, মরিক চুমহনবা পাঙলবদি কজ্জবা থবক্‌শিং অমু থাদোকউ।

কোম্বী—মহেন্দ্র ঙসিদি নরাল খঙজরব্রা? নখোয়না ঐবু নখোয়গী রাশকখিবা অতুগী অর্থ খঙলব্রা? থর ঙাওশিন্নখোদনা। সখী নচাকতি নরালনা নপোৎ কাক্সিবনা শিবা য়াজ্রেদনা। মীগী মাঙনবা শিনবগী কল করিনো খঙলব্রা?

সখী—ইচে, ঙসিদি পুন্নমক ভাব তাজরে। মীগী মাঙনবা শিল্লগা ঐগী হান্না মাঙই হায়ববু চুমলে। মরাল লৈজত্রবা বীরেনগী মখোঙদা ঐখোয়না অমুক তুয়রেদনা।

ব্রাহ্মণ—মমা মচানা মরাল য়ারবদি হায়যু তুংদা অমুক কত্তবা থবক তৌরক্লরোইত্রা খুদোংচাবা ফংলগা, মপুন্সিদু কংথোকপা ঙম্‌গা অতোপ্পগীদমক?

সখী—অহোই, ঙমজগনি। ঐগী পুন্সিনা বীরেনগী মফমদা অমদি অতোপ্পগী পুন্সিদা মাঙননবা শিনজররোই। বীরেন ঐগী কত্রবা থবকশিং অদুগীদমক নঙনা ঐবু ঙাকউ নখোঙ পায়দুনা হায়জরি।

বীরেন—ঐগী করিম্ভ লৈতে, ময়াম্না য়াম্নরগা লোইরে।

(মম.-মচানা ময়ামদা খুকমদুনা হায়জবা, ময়াম্না য়াবিবা)

রাজেন—ঙসিগী হুমিং অসিমুক মরাইবক কবা হুমিং অমা লাকলরোই। অসিগুম্বা হুমিং অসিদা ঐনা কংথোকপা ঙারি ঐগী পোৎশক অমা পুকচেল চাঙরবা সমাজ সেবা পান্বা বীরেনগী মফমদা।

বীরেন—করম্বা পোৎশক?

রাজেন—ঙকনু বীরেন! ঐগী পুন্সিনা য়াম্না কুপ্না লিচুনা থমজরক্লবা নঙোন্দা নত্তনা কংকম লৈত্রবা পোৎশক্সি। নহাক্না ঐবু জ্ঞান লৈত্রবা, অপঙবা মীনি খন্দুনা ইরাল পুম্বা ঙাকউ। ঐহাক্কী য়াথল থেনবনা নহাক্কী পুন্সি হৌরকপদা ইকায়বা মঙহনখি। মদুমক ঐমক্কী ইরাল ঙাকম্ভ নত্তে নমাতোনগী খুজিলনি। কোম্থংদা খঙলকপনি। ঐমক্কী ইরাল নত্তে।

বীরেন—ঐহাক ভাব তাবা ঙমজদ্রে।

রাজেন—চুম্মি। মতমদ্ব চহি ৩। ৪ শুবয়ল্লগনি। হৌখিবদি ৎৌথ্রে। হৌজিক্তি মীওইবগী য়াইকনবগীদমক নপুল্সি কংথোক্লবা নঙগী নকমদা ঐনস্থ কংথোক্লি ঐগী অমতা ঙাইরবী মমানা পিক্লি-ৈঙদগী হুন্দোক্লম্লবী নঙগীদমক থনজবদা মপুক্সিগী হুংঙাইবা থাদোক্লবী ঐগী নলিনী। (নলিনী মমাই লুকপা)

বীরেন--Insperctor সাহেব!

চাওবা—অশেংবনি বীরেন। নহাক্কী পাবুংনা মমৌ ওইজনিংলগী ভুপীমচা অদুস্থ মহাক্কি। মহাক্কী মবাল লৈতে, মরাল লৈরিবদি নমাতোন মহাক্না লান্না হায়াজিনবিডুনা মহাকপু থাজহন্দবনি।

বীরেন—ইমাতোন!

সখী—মানি, ঐগী থৌরাংনা মহাক্কী লুহোংবা কায়খবনি। হৌজিক্তি নহাক্না মহাক্কী ওইগদবনি। মহাক্কী করিস্থ মরাল লৈতে। বীরেন, ভুপীমচা অসি নহাক্কী ওইগদবনি। মহাক কনাগীস্থ ওইখিবা যারোই। পুম্নমক ইথাথক্তগী কায়বনি।

ব্রাহ্মণ—অতোপ্পগী দান লৌনবা হৌনদে।

রনজিৎ—মরূপ, করি খল্লি। নলিনী নহাকীনি। মানা হোৎনজ-রকপা থুদিং নঙগী পুক্সিগীদমক্তি। ঙ'স ফাওবদা ননাক্তগী হেন্দোকচদ্রিবা নলিনী কনায়তগী ওইহনখিবা য়ারোই। করি-গুম্বা নহাক্না দান অসি লৌথিবা তারবদি মহাক্না ওইরকদবা ফিজ্জ্ব নঙস্থ অমুক্কং থল্লু। (বীরেন নলিনীদা হায়কেৎ রেংই, কোংদোকপদি ঙমদে)

চাওবা—বীরেন, খুড়ানা তায়বা হল্লু। মহাক্না নহাকপু, পুন্সিগী ওইনা লুংশিজৈ।

কোম্বী—বীরেন, তুম্পীমচা অমবু মন্নাম মমাংদা অস্তুম মত্তোমতা লেপহনবা হৌনব্রা? কারন্তু লৈজব্রবী নংগীদমক থনজবদা মপুন্স লেনজববী মরাল লৈজব্রবী তুম্পীমচা অমবু অস্তুম তুক্কায়গনবা হৌংদে।

রাজেন—তুম্পীমচা, করি থল্লি। ঐগাক্না হায়জনা য়াবা মথৈ লায়জবে। মখ' ভাবদি হপাগী উপায় লৈত্রে। মতম কুইনা নভনা থনজরুবা অাশা অদু শাসরা? লাও! হৌজিক্তি মফম অসিদা কুইনা পন্নরুবগী অর্থ লৈত্রে। চংসি লাও···চপাগী তুং ইন-লকউ (চংশিন্দুনা মন্নাম মমাংদা চপ লেপ্লুনা ভোকম থভদনা লৈরবা মচাতুম্পীবু মখুং পাইদুনা পুথে তোবা)

বীরেন—ভাইগাক রাখল তোকল্লগা) মফম অসিদগী মরাল লৈজব্রবী তুম্পীমচা অদু পুদুনা চংখিবা য়ারোই। মহাক ঐগীনি। ঐগী পুন্সিদা মহাক্না পুন্সনা মরি তাম্বিবা অসি শামহনবা কনাগীসু মতিক লৈতে। ঐ নিপা অমনি। (চংশিন্দুনা নলিনীবু লৌশিনবা)

মন্নাম—কয়াদা তুংভাইরবা!

ব্রাহ্মণ—ঐখোয়না ঈশ্বরগী মফমদা বর কন্যা অনিমকী মঙ্গল নিজরি। কয়াদা নিংথিজরবা, বসন্তগী মরাং হৌরবা লৈকোন অসিদা বর-কন্যা অনিনা ভানথোইবিরে।

চাওবা—বীরেন, খুড়ানা নিংজরকপা আশা পুম্বা ঙসিদি মপুং ফারে।

লাইরৈবাক্তা নঙগী‌দমক খনবদা রাজরবা নঙগী পাবুং অমদি ইমাগী নিংবা থুংলবনি।

কোম্বী—মালিক নহাক য়াওন্দ্রেদকো অসিগুম্বা ফুংঙাইরবা মুমিৎ অসি। য়েংউ, কযাদা নিংথিজরব, য়েংযগী পেনবা নাইগ্রবা বর-কন্যা অনিসে।

রাজেন—ঐগী ইচাগী পুন্সি অসি ওসিদগীদি ঐহাক্তা কৎথোকচরবনি সমাজ সেবাগীদমক। মহাক ঐগী ইচানুপী নত্রবনি। ফুপীমচা, নমানা খনজরম্বা আশা পুম্বা ওসিদি মপুং ফানা থুংহল্লবনি। নহাক মীওইবগী সেবাগীদমক নথরাম্ব কৎচাং কৎথোকনবান। অতোন-অতাংবু মপুং ফানা সেগা তৌগদবনি।

নলিনী—পাবুংগী য়াথং তৈথা তাহনজরোই (বীরেন, নলিনীবু সথী অমদি কোম্বীনা অমমম কোন্দুন রাজেননা, ব্রাহ্মণদা, চাওরম্বা অমদি ময়ামদা খুকমহল্লি। তজালিদা মহেন্দ্রনা রাজেন অমদি রনজিৎতা খুকমই)

মহেন্দ্র—Inspector সাহেব, ঐবু অপুম্বা করিগুম্বা থওজিবা ওঙাংনি থম্বা ওকাপিযু। ঐহাক্তা যাম্বা লমনকাশ্ব।

রাজেন—মীওইবগী সংসারদি অসি ওক্তনি মহেন্দ্র নহাক হৌগ্রবা খোদোক্কীদমক খোইনা চিংনকরম্ন।

মহেন্দ্র—তা রনজিৎ ঐবু নন ওমক্তি খনবিক্তনা ঐগী কক্রবা থবকশিং অস্তুদগী কনবিযু। ঐহাক্ত তদগী মকমক য়াম্ন লানগ্রে।

রনজিৎ—ইনাও করিগ্ন লান্দে পুম্নমক ঈশ্বরগী লীলা ওকনি।

ময়াম অসিদগী হেন্না নিংথিরবা খোদোক অমা ঐখোয়না অমুক্তসু উথিজ্রি। অসিগুম্বা ফুমিৎ অমমুক লাক্লরোই।

সখী—অসিগুম্বা ত্তৃমিৎ অসিদা মন্নাম পুম্বনা অমুক্তা বর-কন্যা অনিবু মঙ্গল আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু। (মন্নান্না বর পিবা, সখীনা মালিকাগী ফোটো মন্নাদা পুশিন্দুনা, লৈ শুনচিংবা কৎহনবা) মালিকা ইমাবু ন্নায়োগলুকো করিম্নু খঙজন্নবী ইচাগী চন্নবা পুন্সিবু অপংবী নমানা লম অমদি শেলতবু মিহৌরুবনা করিম্নু ওইদনা উরুবে। য়েংউ ঙসিসি কন্নাদা নিংখিজন্নবা, নমাংদা লৈপরেং নহাক্কী নৌনা কংজবা ননম্মা। মালিকা ইমানা লানম্রে। (কপ্পা)

নলিনী—মালিকা মতম খরদংদা ওইরবম্নু পুন্সি লেনমিন্নগদবা অদু নোংদম থিবনা শুমলমদ্রেদো। নহাক লাইরৈবাক্তা শান্তি ওইনা লেল্লুকো (মমিগুগী মপি শিন্থবা)

ব্রাহ্মণ—ঙ্গমিং থানা লৈরিবমখৈ মীওইবগী ন্নাখলবা কাওখোকপা ঙন্নরোইদবা ঙ্গমিং অদু ঙসিনি। কন্নাদা নিংখিজন্নবা বসন্তগী দৃশ্য। মহৌশাগী নিংখিবা পুম্বনা লৈতেংলবা ন্নাংপা লৈন্নবা, গুণ পুন্নমক্না লৈতেংলবা বর-কন্যা অনি। মীওইবগী জগৎতা অসিগুম্না পুকচেল-খোয়জেল তিন্ননা অমতা ওইনা মতম লেনামন্নবা অদু ঈশ্বরনা তত্তনা পিনসক্নু। ঐখোয় পুম্বা মরিনি, মতানি, মপানি মচানি, মমানি মমৌনি, মরুপনি-মপাংনি। অচান মীরাই লৈন্নবা অচৌ-পিশক খায়ন্নবা অমাঙ অশেং, জাৎ-বিজাতিগী ন্নাখল পোকত্রবা, অমতা ওইবা ঈশ্বর অদুগী মচা মশু ওাক্নি। ঐখোয় অমতনি, ইচিন-ইনাওনি। ঙুংশিননা, চান্নন, অন্নাৎ-অপা, লৈত-লাইর হংদোক হংজিন

তৌরছনা অমনা অমম্ মতেং পিরগদবনি। মতম অদুমা মীওইবা সমাজদা সুংগাই য়াইকবা ওইসম্।

ময়াম—( অমত্তা ওইবা খোল্লেনদা ) যাম্নি, ঐখোয় অমতনি। ইচিন ইনাওনি মরি-মতানি। ইমুং-মচুংনি ! মমা-মচানি। কপ্তনা মাওইমসি, অকক য়োকখংসি, পূম্না চিংমিন্নসি, পিওক্লেন মান্নসি। ঐখোয় অমতনি। ঈশ্বরনা লেংদবা ললনি।

রাজেন—যানি, ঐখোয় অমতনি অমত্তা ওইবগী মাখলনা মীনা মীগী মখৌ পাংথোকফবনি। "United we Stand, Divided we fall." অপুম্বনা জয় ওইবা মহৌশানি।

( ময়াম পুম্নমক "ঐখোয় অমতনি," হাও হাওদুনা চৎনখিবা )

মৈ মুংপা



## ফোঙলগদবা লাইরিকশিং

১। ইমাগী লিকলু পরেং ( ড্রামা )

২। শরিক থাংবা ,,

৩। ওক্তবীগী শমজিরৈ ( ৱারী মচা )

৪। মৃত্তি অমগী তাৎ ( শৈরেং )

অহানবা থুংনম—১০০০

অকোঙবা—অইবা মশামক

স্বত পুম্বা অইবগীনি

---

মমল লুপা ৩·০০